# ৱাহৈ খরদং

'মরূপ অনি' (নোভেল) 'চীংয়া তমথ্না' (ৱারি মচা) অমস্তং 'য়ুমগী মৌ' (ৱারি মচা) লাইরিক অহুম অসি আউট বুক ওইন পুখোকচরে। থরস্তু মথং, মথং পুথোকচখিগনি Short Story ইবসি য়াম্নস্তু লায়বা য়াম্নস্তু লুবা থোইনস্তু হেন্না লুবা ৱাফম অমনি। মতমনা—তেল্লবা, চা কপ অমা থকপগী মতম্দা, মতম্দা নোভেল অমগী Test লৈহনবা। ইরিবা মতম্না Theme অমতগী। Creative ওইদুনস্তু পুন্সিদা চুনশ্রবদি ৱারিগী মওং তাদে। মরু ওইনা ফোংদোকপা হৈবদা লৈ। ফোংদোকপদা মপুং ফাব ভমশ্রবদি ৱারি ফন ফজত্তুনস্তু লামাই কন্নামুক শাংদুনস্তু মওং চাদে; তেল্লবস্তু থজিক্কং ফোংদোকপা অতুনা মপুং ফারবদি মতুনা হেন্না ফজৈ ৱারিগী মহাও লৈ। Short Story ইবদা, পাক্ন শেংলবা মিৎশেং কয়াম্ন কুপ্ন পুশিল্লকপা, মতুনা পুন্সিগা নকশিনহন্দুনা কল্পনাগী শক্তি কয়ামুক চংহল্লি

ময়াম্না খংবীরিবতুনি Short Story গী Field অসি য়াম্না পাকথে। অতুগী মথক্তা Short Story Reading অসিস্তু হৌজিক্কী মতমদা য়াম্না Popular ওইরিবনি। ঐগী Short Story অসি ঐনা নিংবগুম মপুং ফারমদবা য়াই। ওইবা য়াবা, ওইদবা য়'বা য়াম্না য়াওবমগনি। ঐস্তু Subject অসিদা য়াম্না নৌরি। পানিরিবা মরূপ-মপাং পুন্নমক্ন অশোই অভাম পুন্নমক শেংশিনবীগনি নিংজৈ

অরোইবদা, ঐবু উৎসাহ পিবিখবা ঐগী মরূপশিং অতুগা গান্ধি প্রেসপু ঐনা তৌবিমল খংবা উচ্চরি

লেখকা

## করি করি য়াওরি ?

# য়ুমগী মৌ



মচিন মনাও অহমনি—সুরেস, বিহারী, কুমার। মখোয় অহুম লোইনা ময়ুম পান্নে। সরকারগী থবক অমমমস্থু তৌরি। মচিন মনাও অহুম অসি য়াম্না চান্নরমই। ময়ুম পাল্লবা মতুংদদি তোঙাল তোঙাল লৈনরমই। য়ুম পানবশিংগী মরক্তা অনস্থু চিংথরমলে। মচিন মনাও অহুমগী মপা ইবুঙো গোপালস্থু নৌনা ময়ুম অমুক পান্নহুনা তোঙান্না লৈবদা য়াওক্তরমই।

মৌ অহুম অসিগী তোঙাল তোঙানবা মগুণ অমনম লৈ। সুরেসকী নুপীগী মরমদা হান্না হায়জগে। মমিংনা প্রনীতা কৌরহুনা য়াম্না ইনাকখুনবা ইমুং অমদগী থারকপনি। য়াম্না থোইনা চৎপা নুপীনি। মী খংনবস্থু য়াম্না হৈ। অসি মখেদা হায়খিগে; মতুংদা মহাক্কী খোংথাং অমুক খংবীগনি। বিহারীগী নুপীদি ইনাক খুন্দে লাইরে। মমিংনা কমলা, মপা মমাস্থু শুনা লৈত্রে। থবক্তি কন্না শুই। মীনা হায়বা ইনগল্লি। অতুগা মপুক্লিংস্থু য়াম্না নুংশিগল্লি। কুমারগী নুপীগী মিংদি গীতা, ব্রাহ্মণদগী মিংনি। মহাক য়াম্না ইনাকখুনবা ইমুংদগী হোৌরকপস্থু নত্তে, অতুগা লাইরবা ইমুংদগী থোরকপস্থু নত্তে। মহাক্তি ময়াই ওইবা ইমুংদগী থোরকপনি। মচিন মনাও য়ামহৈ, মবুং মপা খুৎকন পাংগল্লি।

মমা মপাস্থ লৈরি। লাইরিকস্থ খর তমলকই। ঐস্থ অসি মখৈদা মখংই; য়ুম পাল্লগা মহাক্না করি ওইরকপা তুংদা উবীরক্কনি। মৌ অহুম অসি মাইগৈ অমমমদগী তোঙাল তোঙানবা শাগৈ অমমমদগী থোরকপনি।

স্থরেসকী নুপী প্রনীতা শাগৈগী চাওথোক্লফম ওইবা মৌনি। মরমদি মহাক ইনাকখুনবা, সঙ্গ তোবা ইমুংদগী হৌরকপনি। বিহারী, কুমারস্থ হরাওজরমই—ঐখোইগীদি ইতৈমা অমা লাক্লে। ইতৈমা ফংজরে, ইতৈমনা চাক থোংগনি, ফি শুবীগনি। মতৈমা অমা লাকপগী মুঙাইবা অহুগা লোইননা চাওথোবলমই। য়াম্না চাওথোকপমক নত্রবস্থ ঐখোইগীদি ইতৈমা। মখোইনা চাওথোক-চরিবা ইতৈমদি মখোইনা খল্লম্বা ইতৈমা অহুদি নংলগদ্রে। করম্বা ইতৈমানো— কুমারনা শেংনা হায়রমই। "ঐখোই তাদা স্থরেসদা চাক থোংবী শান্নবা ইতৈমানি।" বিহারীগী ময়ুম পাল্লে। মহাক্কীদি মশানা থিজহুনা লৌজবা নুপীনি। য়ামনা তপ্পী থবক য়াম্না শুই। ইমুংদগী মপাল থোক্কনদে। নীপানা য়াবী নুপীনি; খরস্থ খুকাপ্পী শাপকল্লি। অহুবু করিগুম্বা মতমদা নুংশা থিগল্লি, কিগল্লি। কুমারনা মসিমস্থ খুদম অমা পিরহনা হায়রমই, "ঐখোই ইতৈমা কমলা, তামো বিহারীগা পোকমিন্নবা মচন্নি।" কুমারস্থ ময়ুম পান্দুনা য়েংলে। মহাক্কী মুপীদি গীতা। মখোই অহুম ময়ুম পাল্লবা মতুংদা মচিন মনাও অহুম পোক্লম্বা মমা অহু শিখ্রে। অহুদগী মখোই অহুমগী মপা ইবুঙো গোপালগী মৌ নহা অমগা য়ুম পাঞ্জরে। অহুবগী লাল, মৌ মরিগী; মচিন-

পারবা খুৎলাই অমমম—, অমগা অমগা প্রমান্দা, মিৎয়েংদা, শাজত্তো, রাঙাংদা, ইমুং অহু কুরুক্ষেত্র।

ইহান হানবা লান্দি মশা নানবা তান্নে। লিক মশিংয়াম্বা তান্নে, খুদোপ য়াম্বা তান্নে। অহুদগীদি ফনেক য়াম্বা, ফি য়াম্বা। মশা নানখিবনা চাক থোংহুনা চাগনি হায়বসু কাওখ্রে। লাইরবা ইমুংদগী লাকচবী কমলাদি হিরম খুদিংমক্তা মপুক্লিং নুংশিজবনা মতম অয়াম্বদা কপচৈ। প্রনীতাদি মথোই য়াম্না কাবী নুপীনি। মহাক্না মী পুন্নমকপু হন্থনা য়েংই, কনাবুসু থএইদে। নোংমদি মহাক্না কমলাদা মচিন্দি পৈরপ তৌরহনা, "কমলা! ফি শেৎ-নিঙাই লৈত্রগা ঐঙোন্দগী লৌজররাওদনা। ঐগীদি ইখন্ত শেৎপা লোইবা নত্তে।" কমলানা খুমলমদে, রাঙাং অসি মহাক তাবা ঙম্নমদে। লৈকাই অমমমদগী, য়ুম অমমমদগী থোরকপা নুপীনি। শাগৈ অমদা য়ুমদিন্নবতনি। অহুগী মথক্তা মরা মপুরোইবা লৈনরি। কমলাদি মহাক্কী নুঙাইতবা রাখল পুন্নমক পুকনুংদা ফুমলমই, পুক্লিংগী ওমচারুবা রাখল অহু মহাকনা ফংজে; ফোংদোকপা ঙমজদে। প্রনীতাদি সিনেমা য়েংবা য়াম্না থরাই য়াওই। সিনেমাগী রারি তাবা য়াম্না পামজৈ মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী মনাওশিংদা খংবোই খংদবোই মচিন্দো কোথরহুনা সিনেমাগী রারি লিরমই। গীতাদি কুম্মৈ ফিয়োংদা কয়া থরাই য়াওরমদে। প্রনীতাগা গীতাগা লাম্বানি। হিরম খুদিংমক্তা মখোই অনি লাম্বা তৌরমই। প্রনীতাদি লাইরিক পংহৈ হৈবা নত্তে, থরদি তমলমই। নোংমদি মখোই অনি লাইরিক হৈবা তান্নবগুম রারি অমা শারমই।

প্রনীতানা গীতাদা, "ইনাও হোই, উরীরৈ মাধবীগা পারকপ্রা?" গীতানা রাহং অদু য়াম্না নোকনিংলমই। নোকফেৎ তৌরদুনা "ইচে, ননাও হোইনা পারকপদি অদুদসু নত্তেদা – বীরেনহোই, ধীরেনহোইসু পারকইপোৎনিদা।" প্রনীতানা, "ঐসু লাইরিক য়াম্না পারকই, ইকাওবু কাওখ্রে। শশিহোই য়াওবা লাইরিকসু পারকইনে। অদুগা ঐখোই তামোনা কলিকতাদা লাইরিক তম্বা চৎপদগী পুরকপা রারি নুঙাই নুঙাইরবা লাইরিকসু য়াম্না পারকই। ঐদি রারিশিংদো ওন্থোক্না নুংশিজখ্রে।" রাঙাং খুদিংদা ইংলিসকসু ময়েক চুমবোই চুমদবোই অমমম অনিনি থেৎ থেত্তুনা ঙাংলমই। অদুদগী প্রনীতা, গীতা মখোই অনি মবুং লাইরিক হৈবা মশিং য়াম্বা তান্নরমই, শাগৈ নাতৈ খুৎকনবা। "ঐখোই পাবুংহোই ওফিসকী থবক তৌরি! তামোনা ওঝানি, হা অদুনি আদানি। শাগৈসু চাওখ্রপোৎনি। তর্পন চাক পিজবনা য়ামখ্রিবা। নিঙোল চাক্কৌবদি চেং অনি থোংববু ওক্কে।" অসিনচিংবা কানদ্রবা রারেম কয়া থাঙ্গৎনরমই। হৈশিংবা, খুৎকন পাঙ্গনবা অসুম মথং মথং থানরম্বদগী খংহৌদনা মখোই অনি মমায় মমায় ওন- শিন্নদুনা হৌদোংদৌনা খুজিন্না পংখোঙা খোৎনরমই; অদুদগী মশম ফোইনরমই। কদাইদগী করম তৌনা খৎনখিবনো খংহৌদে; ইচেয়াইমা কমলানা ইচেহল প্রনীতাগী মীচং খর খর চংবা উরমই। গীতা মথন্ত। মথন্ত ওইদুনসু থৌনা ফৈ, মীনা লাকচদে। মহাক বোক্সিংগী মীফু অমা হৈ। গোপালগী মুপী নহা অদুসু লৈ নাচোম অমা চাউনা থেৎচিল্লদুনা কুম্মৈ য়েংলি। খামগে হায়দে।

গীতাদা অনিচংনা য়েংশিনবা অহু মুডাইত্রমাল্লে—"কৈনোনে? হৌজিক কালগী মুপীশিং অসিবু অমদা অনি চংলহুনা" প্রনীতানা ওনশিল্লহুনা "করি থোকইনে—ডাংজ শারিনো? কায়োনবী'সিদি।" "কায়োনবী ওইরবসু নবেম্মা। নক লুকথনা খুরুমগদবনি। ননেমনি খংলব্রা?" থরো'সিসু থা-থা য়াবা মুপী নত্তে, মহাকসু কায়োনবা থরো হায়না ফাওজরকইবনি। খংনবা লোইরে। গীতাদো মথল্লাই মুডাইখিত্রমাল্লে—মখোই অনি চংহুনা ফুখিবহু। গীতানা কমলাগী মনাক্তা চংলহুনা "ইচে য়াইমবু অমুক্ত লেংথোকপিরকউ।" গীতাগী মিহুন মতা অহু উবদা কমলাদি কিবনা ইমুংদগী থোরক্তে। গীতাদি —নীপাদোনা রা ডাংই, থোনাসু ফৈ। মহাক্ত শুমাংদা লেপ্লহুনা "ঐ য়াম্না মুডাইহৌদ্রে, অমুক্তা লেংথোকপিরকউ। বোক্সিংগী কিন অসনা অমুক্তা খিঞ্জহৌখিগে।"

নোংডাল্লকপদা মল্লা মরাশিংসু মাঙ্গোন্দা লেপ্লহুনা মখ্বাং মেৎলহুনা পৈনা পৈনা য়েংনবা হৌরমই। সুরেসনা অসুম য়েংলখ্নগী "শম্বল হেক্তা খাজিল্লগা লোইরে" হায়রমই। মপা গোপালনা "নতু'হু মচিন খিমল্লি। মশক য়েংনিংদে। খাজিল্লবদি উদনবা খাজিল্ল।" সুরেসনা "কদাইদগীনো? মৌ দ্বিক পুবী অমা পুশিল্লহুনা—হমু থংদা।" মপা মচা অমুক লাওনরকই। ইকুই কুইনদে, ইখোল অহু তুবৎ, তুবৎ শম্বন খাজিল্লে।

মৌ মরি অসিগী মিং অমমম থোল্লরমই। প্রনীতাগী মিংনা অপাইবী, অর্থদি—ল্লাডাংদা লম হেক্সিনবী, সব জান্ত। কমলাগীনা কাংক্রম, খংমরিবদি অমগী অমুক মিচং ওই, অমগী অমুক মিচং

ওই। গীতাগীনা তেৌঙ—ৱাঙাংদা ঈশিং লিত্তে, থৌনা ফৈ-তুবং তুবং ককথংলি। থরোগীনা তন্দন, ৱাঙাংদা মীরুনি—কুকেৎ কাযেৎ, অমদা অমুক. অমদা অমুক, চক চক ঙাংই। মিংথোল অমমম থোন্নবনা থংনবা মতমদা অমুক, অমুক পেন্না পেন্না লাওনরমই। অমন চুম্নদা "পুখ্রিদা থরোই অহাম্বা য়াম্না তারেদা" হায়বদা অমনা অথাবা লিংয়েগা লোইননা 'থারেদকো নোংমাংখা।" অসুম্ন ওক্রুনা থুমলকই। অমনা অমগী মিকুপ. অমগী মিৎয়েং শাথেক পুন্নক য়েংশিন্নরম্মী—পুন্নমক ফগুবা ৱাথন্তদা। ইঞ্জাংগা খর হাওবা লুনিং অদুদ প্রনীতাদি লৈকাই মরি তানবা খোদেমই। অদুতনা মৌ অবৈনিং অদুগী থোইদো অদু পিরিক পিরিক শাগেৎহল্লি। মবক মরক্তা গীতাগী যুমলোমদা মমায় ঙেনশিল্লনা "ঐথোইদি ঙাদ চংবদা ঙা মশক উগদবা ত্তল্লে। য়েন্দেম পাংথেক চাবশি দো বরম তৌরিগবা।" অসুম্না প্রনীতানা পৈরপ পৈরপ তৌনা ঙাংলমই। মসিনা গীতানা খুম্মুরবসু মহাক্না যত্তবা তাগদোার। খুমদ্রবসু প্রনীতনা মীবু মচেৎ ময়াদা শাগুনবাসিমদি তোকলোইদোরি। মাসদগীসু অমুক লাল মহৌই।

গীতাগী মরমচত্তি শেংদোকপদা য়াম্না লুনা থোক্লনি। অমবু ওইরবসু অনবু ওইরবসু নুপাগী থেইদোকপা মগুণ অমা লৈ হায়বসি ঐদি য়ানিই। মহাক য়াম্না খংনবা হৈবা, ৱাঙাং হৈবা নুপী অমা ওইনা উরবসু য়ুম্বানবগী মরমনদি পুকচেল তপলবা, তুংগী পোরম উরবী নুপী অমনি। মহাক থাঙ্গৈশেংবদি খংনবা

হৈবীসু ওইরোইদবনি, মীনা ফুরকপা চৈনাখোল অহু খাংবা ভুমদবা ন্নাখল অমনা মহাকপু তমথিবা শকফম অমমম ওইহনখিবনি। মহাক্তি কমলাগুম্ন। মপুরোইবদা পাউ তমগনবী নুপীসু নত্তে। অদুগা প্রনীতাগুম্ন চিরোন তৌহনা লৈকাই ন্নারিশাবী নুপীসু নত্তে। মহাক্তি য়ুম্বানবী নুপী অমা ওইনা মন্না-মপুরোইবগী মফমদা য়াম্না নোল্লকপী নুপীনি। মহাক করিগুম্বা মতমদসু লৈকাই কোইহনা ন্নারেম ঙাংদে। য়ুমগী অন্নাংপা পুন্নমক য়েংহনা থবক শুই। থবক শুই হায়দুনা মীনাইগী মতৌগুম্ন লৈবসু নত্তে। মশম মনা তরু তরুনা মতম লৈবা খিবিক্তা লু-হন্না লৈ। মহাক্তি কুমারনা তৌবা থবক পুন্নমক্তা অফবা ওইন্নবসু ফত্তবা ওইন্নবসু করিগুম্বদা মিৎচিনফাও য়েংদে। অদুগী মথক্তা কুমারগী নিংথুংনবা হোৎনৈ। কুমারগী কোইবদা শেংনবা ফি নান্না থমই, ইস্ত্রি তকপি। নোংমতসু কদাইদা কোইন্নবনো হংদে, করিগী কোইরিবনো হায়বসু হায়দে। নুমিৎ খুদিংগী মহাক্ন চথোকপদা মশা নান্না নান্না চৎহল্লি। ময়ুমগী খৎন-চৈনবা, নুঙাইনদবা পুন্নমক অমতা কুমারগী নাকোংদা তাহল্লমদে। অদুবু কুমারদি থংই— মচিন মনাও মশেন শম্বল●খাজিন্নবা, মত খেন্নবা অদু। মহাক্ন মসি পুন্নমক য়েংউন্নগা নোংমদি মংগোন্দা লেপ্লহুনা অম্নুম্ন হায়খি "ঐখোই তাদহোইদে—অঙাং ওইরিঙৈদদি ফন চান্নরম্বনি।" অসিদগী থোইদোক্ন ন্না ঙাংখিদে।

গীতা মচা নুপা অমা পোক্লে। অহানবা পোকপনি। য়াম্না নুঙাইবা হুমিৎনি। অদুবু মখোই মচিন মনাওশিংনদি

খওইবীরমদে। মিকুপ অমফাও চংদুনা হংদে। য়ুম্বানবী মুপীশিংগীদি মচা পোকপা হায়বসে অচৌবা দশা অমনি। গীতাগী মচেমশিং প্রনীতা, কমলা, মখোই অনিগী মরক্তা অমতং ওইরবসু মিৎয়েং চংবিরবদি কয়াদা মুঙাইবগী মশক ওইগদবনো? অদুবু মখোইদি অমরোমদা কল্লকপগা লোইননা ব্রাজসমু মতাগুম হন্না ফাওবা য়েংবীরমদে। গীতানা মীরোন লৈজদবনা ফৌগু চাকখোংবা, অকনবা থবক কয়া ঈ নৌরিডৈদা পাইরমই। মহাক্কীদি তৌদবা য়াদবা থবক ঙাক্তা। চাকখোং ফৌগুবনে, কোনফেং ব্রাতৈবনে। মহাক্কী মুপীগী অব্রাবসে কুমারসু খংই। খংই হায়বদনি করিগুম্বা য়ুমগী থবক অমতা তৌবীরমদে, শীং-ফাও খাইবীদে কোইবনা, য়ুমদা মশকফাও’উবা ফংদে। মরক মরক্তসু অস্তুম হায়বা শাব্রমই "য়ুম অসিদা হন্নিংলক্তে, মুমিৎ খুদিংগী খৎন-চৈনবা ঙাক্তা" মহাক্ক মরক মরক্তদি খল্লমই—মপাগী শাক্তং অসিনা কাইহল্লিবনি। মহাক্ক (মপানা) বারক্লবদি পুন্নমক পুকচেল তিম্মনা লৈমিন্নবা য়াবনি। নোংমতসু অহস ওইবগী মচা মমৌশিংবু ব্রারক্তে। মৌনহা অমগা কৈথেলদা হেক্তা মচৎলি। মহাক্ক মগুগী ষষ্ঠি ফাওবা চংলক্তে। মতাং অসিদা কুমারনা খল্লমই—মখোইগী মপানা পামজরিবী মৌনহা অসি—মসিতনা কাইহল্লিবনি। মসিতা তাম্থোকখিবা তারে। মহাক্ক অসুম খল্লদুনা নোংমদি মাগী মরুপ অঙাওবা খর হৌরদুনা মমাঙোন থরোনা কৈথেল কুম্মকপদা থরোবু ফাদুনা পুহনখিরমই। মসি কুমারনা মপাগী মথক্তা লম্মন শিংনিংবা মঙং অদুনি।

গোপাল অহু হনুথংদা থরো মশুংলাগী চাক ওইনবা তৌই। মুমিদাং ওইরকপদা ইচিক চিকই; করিগুম্বা মতমদা খুদাং পিফম তৈরমই। মহাক্কী অরাবসে গীতাদদি মুন্না খংলমই। য়াম্না নোল্লুক্লা গীতানা মকুবোক্কী সেবা তৌবা হৌরক্লে। কোল-লিক ফেংদোক্তুনা ব্লাইবম ফজনা নান্না তৈরমই। অযুক ঙন্তা হৌগত্তুনা ঈকজথোক্তুনা তুলসি মনা হেকলমই। লৈ শু হেক্তুনা লাই খুকয়বা পোৎ-চৈ লাংশিল্লমই। গোপালদি শাওখিবনা গীতানা পায়বা. শোকপা পোৎ-চৈ হন্না য়েংলমদে। গীতানা হনবা লৈতনা অযুক খুদিংগী ঙহল অমগী তৌফম থোকপা সেবা অহু ইকাই কাইদনা তৌই। চাক থোংবী, ইকুনবা ঈশিং অশাবা লুম্বী। অসুন্না ভৌশিল্লকপা অসিদা মমৈথংদদি মহাক গীতগী সেবা অহুদা পুক্লিং চংলক্লে। গীতানা পামজবদি মকুবোকপু অহল ওইবগী হৌনবা ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎহনবা অহুনি।

মচা পোকলবা তুংদা গীতাগী পুকচেল অসি য়াম্না ওনখ্রে। মহাক্না খংলমই—পুন্সিদা করিগুম্বা অকুবা হিরম অমা পাংথোক্কে হায়বর্বদি—য়াম্না নুংশিনবা অমসুং নক্লবা; অনি অসিগী উপাই নত্তনা করিগুম্বা হিরম অমতা পাংথোকপা ঙমলোইদবনি। মহাক্কী অসিগুম্বা পুকচেল অসিনা মুমিৎ খুদিংগী মৌ অহুমগী তমথিরবা খোল্লাও তাখিদ্রে, ইমুং খুদিংমক শান্তি ওইরমই। শম্বল খাজিল্লম্বা পুম্নমক লৌথোকখিরমই। মহাক্না মচেম অনি—প্রনীতা, কমলাগী পুকচেল অসি য়াম্ন মুন্না খংদেকলবনি। মচেম অনিনা ঙাংবা পুম্নমক শাওদনা নোক্ন তাথোকপা ঙমই। নোক্ন নোক্ন মচেম

অনিগা চান্নবা অসিতনা মচেমশিংনসু মহাকপু কিরমই। অচুম্বা অমসুং অশেংবা শাওরবা পুকচেলতনা মচেম অনিগী পুকচেল অসি ফাজিল্লমই। মহাক্ন চথরকইবা থবক্তি অসিনি—মহাক্ন মচা পোকইদৌদা মচেম অনিনা থওইদে, ইশৈ ঙংহুনা লৈদনা। মহাক্ন মচেম অনিনা অসিগুম্বা মুপী ওইবীগী দশা তারকপা মতমদা মথোইগী থবক নোমই চাক থোংবা, ফৌ শুবী, কোল-লিক ফেংবী—অসিনচিংবা। অদুগা মচেমশিংগী অঙাংশিং অদুনা মমাশিংদা য়েৎহন্দনা মহাক্ন কোনবীদুনা অাহুং তুম্মিন্নে। অসিনিদনা লৈমিন্নবগী নুঙাইবা।

মুপীশিংগী অমনা অমবু থওইনদবা, অমগা অমগা শীংনবা, তান্নবা, অফবদা ওইরবসু ফত্তবদা ওইরবসু—মসি শোইদ্রবনি। মীওগী অনৌবা লম্বা অসিদা য়ুমগী মৌ পুন্নমক মরম ওকপা ভান্নরমই। য়াহৌ চন্নরমই, মকুবোক্কা সেবা তৌবা হানবা তান্নরমই। মদু উবদা গীতনা নুঙাইরমই। মৌ অহুম অসি অহল লমন্দা নোল্লুক্ন চংজবা অদু মপুং ফারে। অহল ওইরবা গোপালসু মমৌশিংবু মিংনফাও' য়েংবা ঙমজরমদবদু হৌজিক্তি ৱারকচবা ঙমজরে। মশু ময়ামগা লোইননা শান্নরমই, য়ুম খুদিংগী চংদুনা অফ ফত্ত য়েংশিল্লমই। য়ুম অমদা অহল অমা লৈবগী মগুণ অদু নিংথনা মপুং ফারে। মচিন মনাও অহুম অহসু চান্নরম্মী—অহল ফত্ত তোরিবনি—অসুম্না হায়নরদুনা।

মৌ অহুম অদু শক্তসু অমনা অমবু হেনবা নত্তে। চাও শাংলদুনা মতৌ অমমন লোইনা লৈ। অদুগী মথক্তা হৌজিক্তি

হিরম খুদিংমক্তা পুক্লিং মান্নরমই। ফৌশুবা মতম মান্নৈ, ঈশিং- শোকপা মতম মান্নৈ, ফিশাবা মতম মান্নৈ। অমনা অমবু মতেং পিনরহনা থবক শুমিন্নরমই—মকোক্ত মচু মান্নবা খুদৈ মতুপ অমমম কুপলহনা। য়েংবদগু মুভাইরে, লৈকাইগী মীনা তমজনিংভাইনি। মসিগুম্না মুভাইরকপা মতম অসিদা প্রনীতাগী থমোইদা ওমচারুবা খাংভমদ্রবা মৈরি অমা হৌরমই। মতুদি সুরেসনা মহাকপু থওইবীদ্রে। সুরেস অতোপ্পা মুপী অমা কোইরমই, অথেংবা অহিংদদা হল্লকই, করিগুম্বা মতমদগু হল্লক্তে। অসিগুম্বা সুরেসকী লমচৎ অসিদা প্রনীতানা চন্না কয়ারক হেল্লমই, অহিং কয়া কপ্পুনা লৈরমই। অম্মুন্না খাংবসি ভম্মক্তদুনা নোংমদি সুরেসনা কোইরিবা মুপী অহুগী ময়ুমদা চৎলমই, অহুগা মুপী অহুদা অথিবা ৱাহৈনা চৈরমই; মীগী ময়ুম অহুদা মথুং থোক্ল খৎনরমই। প্রনীতাগী অসিগুম্বা নিংবা কাইবা অসিদা গীতানা মচেম্বু থেমজিল্লমই "ইচে। ইচেনা অহুক য়াম্না ৱাখল খল্লিবসিবু—হকচাং মাংনবনি। মরাইনা হঞ্জরক্কনি। ঐখোইনা লান্দ্রগা লোইরে।" প্রনীতাদি মীকুপ পুংজা খুদিংগী অনুতাপকী মশক্তা ওইরমই। সুরেসকী মফি মরোন শুখিদ্রে। চাকসু করিগুম্বা মতমদা হাপ্পি, করিগুম্বা মতমদসু হাপত্তে।

গীতাগী মপুরোইবা কুমারসু মুপী কোইবদা লম হেল্লবা মুপা অমনি। মসি গীতা খংদবা নত্তে। মহাক্না খংবা মতম কুইরক্লবনি। মতৌ করম তৌনা কুমারনা চৎলিবা লম্বী অসি থিংগদগে হায়বসে মহাক্ল মতম কুইনা খল্লকলবনি। মহাক্তি প্রনীতাগুম্না ল্লাও

খোংবদি তৌদে। মহাক্কী মুঙাইতবসে—অতৈ অতোপ্পা কনাগম্ভ ভান্নরুদে। অদুম ওইনমক মপুরোইবগী খোংথাং অসি থিংননবদি হোৎনরি। হোৎনরিবা মওদি—হান্না কুমারদা মহাক্না চৎপা লমচৎ বেব্যহার অদু শুকাই কাইরমদে। কুমাবগী মফি মরোন থোইনা হৈন্না নান্না থমই। মুমিৎ খুদিংগী ইস্ত্রি তকই। চৎলমদাইদা করিম্ভ মুঙাইতবা পোকহল্লমদে। মহাক্না খরচ ফাও' পিদুনা কোইহল্লমই। মুতিগী চথোকপদগী খজিক্তং থেংথরকপদা "ঙসিদি চথোকলরোইদ্রা ?" অহিং থেংনা হল্লকই হায়বগীস্তু ঙাংদে, অহিং হল্লক্তে হায়বগীস্তু শাওদে। গীতাগী মতৌ অসিদা কুমারনা নোংমদি অস্নুম্না করেম্ননা হায়থি "গীতা ! নহাক য়াম্না রারমাল্লে। মুপী অমা পুরকপা তারে, নতেং পাংনবা।" গীতানা হরাওনা খুমলমই "পুবিরকউনে—। পুরকপদদি ঐঙোন্দগী তাবদি পুবীরক্কনু।"

ফাগিদগী অচুম্বা ওইরকলে। কুমার মুপী অমা চেল্লকলে। চেল্লকইবা মুপী অদুদি মৌনি। মৌ ওইরবস্তু য়াম্ন নহানি। মিংনা স্তমো। চেল্লকপা অহিং অদু নোংঙাল্লগা কুমারনা ময়ুমদা মুপী অদু পুশিল্লমই। মহাক্না ময়ুমদা চংলকপদা মহাক্কী ইমুং মন্নুং অদু লুহোংবা মুমিৎকী নিংথিবা, ফজবা, ফিরোন, লৈতেং কয়ানা লৈতেংবগুম মহাক্কী ফমুং, কাংথোল, কয়াদা ফজনা লু-হেন্না থমখ্রে। মসি পুম্নমক গীতানা শেম শাজবা ঙাক্তুনি। মহাক্না মমা অমগুম মচাগীদমক শেম্বীবদগী হেনখ্রে। মহাক্কী মায়থোংদা অন্নাবা, মুঙাইতবা মমি অমফাও উহন্দে। মুপী অদুবু হরাও, হরাওকলমই। মপুরোইবদস্তু করিগুম্বা মুঙাইতবগী মিৎচিফাও' য়েংলমদে। গীতাগী

মতৌ অহু উবদা বুমার অহু ইকাইবনা য়ুম অহুদা মিকুপ অমফাও লৈবা ঙমলমদে। গীতানা মহাক্না হিপলম্বা ফমুং অহুস্থু অনৌবী মৌ অহুদা পিথোক্তুনা মহাক্না কা অমদা তোঙাক্না লৈখিরমই। মহাক্কী মচেম অনি—প্রনীতা, কমলানা মঙোন্দা হংখি। "গীতা! নহাক্না তৌরিবসি করিনো? ঐখোইদি ইঙক ঙক্লে।" গীতানা নোক্ক খুমখি "অতিথি সেবানি। মী লাকলবদি অস্মম তৌবা হৌনৈয়ে।" গীতাগী পুকচেল চাওবা অহুদা মৌ অনৌবী অহুনা ইকাইবা হঙ্গাইখিবনা করি মুংগীনো হায়বহু য়োরে। ইমুংদা ফমখিবদগী মপাল থোকপা ঙমলমদে।

অস্থুম খন্নবিরম্বা য়াই—গীতা অসিবু মীওইবগী পুকচেল ইয়াও য়াওদ্রবা, হায়বদি মুপীগী থোইদোকপা মীহৌবা হায়বহু। মহু নত্তে—মশাকস্থু অন্না নুঙাই মাখল চপ চানা লৈ। মহু মহাক্না মপান থোকহন্দে। অক্লাবা কয়া লৈহুনস্থু মহুবু মী খংহন্দে। অক্লাবা অহু কোক্লবা উপায়দি মহাক্না তত্তনা খল্লি। করিগুম্বা থাংবা ঙম্মক্তবদা লোৎনা কপ্পি, চিন্তা তৌরমই, মী খংহল্লমদে। কুমারনা মুপী অমা চেল্লকলে হায়বা পাও অসি তাবদা অহিং অহু মহাক্না খংহৌদনা অঙাওবীগুম মপান্দা চেঙ্খোরকই, অহুবু থোঙ্গান্দি লাল্লমদে। থোঙ্গাল ময়াদা লেপ্লহনা মমিৎ উইশিন্দুনা "করিনো তৌরিসিবো" হায়না জ্ঞান মাংবগুম তৌরমই। মতম অসিদা মমানা মাগী লুহোংবা নুমিত্তা তাকপিরকপা ময়াথং অহু নিংশিংলমই—গীতা! হৌজিক্তি নহাক্তি য়ুম অমগী মৌ ওইরবনি। নহাক্ক মপাম লমদম অসিবু নরোক্কী মফয়ি হংয়না খল্লগদব্নি।

নুহাক্কী অপুরোইবনা কয়ারক কাওথোকসবস্মু মহাক্কী মফমদা গৃহনী অমা ওইনা নংগী চংজফম থিজগদবনি। মতুতনা নংগী মুডাইবনি, মতুতনা নংগী স্বর্গনি। মহাক্না মসিমস্মু নিংশিংউ—নহাক ঐখোইগা খোইদোকপা মরী লৈনদ্রবনি। শাগৈ অমা ওইরবনি।" অহিং অসিদা মমানা তাকপিরকপা য়াথং অতু মহাক্না অমুক নোনা তাজবা ফংজরমই—মমাগী খোঙ্গেল অতুমক ওইনা। মমানা পিরকপা আশীর্ব্বাদ—মহাক্না মকোক্তা মঙ্গলগী মশক ওইনা নানবীথিবা—ওসিস্মু মমাগী মখুৎনা নোনা নানবীবগুম তৌরমই - গীতা নুপীগীদি মপুরোইবনা ঈশ্বরনি; মহাক্কী মনাক্তা নুপী ওইবগীদি শান্তিনি। গীতানা মমিৎ উইশিল্লহুনা মমাগী অশীর্ব্বাদ অতু লৌশিল্লমই।

অয়ুক মুমিৎ মাঙ্গোনময়াই য়েৌরকপা কান অসিদা মৌ অনৌবী অতুগী অহল লম্মন ময়াম চৈতুপ, চৈতুপ পায়রহুনা কুমারগী ময়ুমদা লাকসমই। লাকইবা কাংবু অহুনা অপনবা লৈতনা কুমারগী ময়ুমদা চংলকসমই। কাংবু অতু তমথিরবা মগং অমগা লোইননা কুমারগী মাইগৈদা ফুজিল্লকপগুম তৌরমই। কুমারগীদমক মপা, ময়াম্বা কনা অমতস্মু চোংথোকপিরক্তে। মতম অসিদা গীতা, পুখ্রি মপান্দা ফি শুহুনা লৈরমই। গীতানা ফিহুপ অমনা খাংদা লাকশিল্লহুনা ইমুংলোমদা চেনশিল্লমই, অতুগা মাঙ্গোন্দা লেপলহুনা লান্দ থোনা ফরবী দেবীগী মতৌগুম্না হায়রকই "চংলকউ কনানো? মুপা থোকপা অমতং (মৌ অতুদা) মুপী নংস্ম শেংনা হায়রু। নং লৈশাবী নত্তে, মৌনি। নশানা য়াদনা মুপী লৈবা মুপা অমগী চুং হেক্ত ইল্লকপা য়াবা নত্তে। লাকইবা ইপা

ইপল পুন্নমকস্তু ভাবীয়ু। মুপী মুপা অনিমক্কী মচিন মুন্না হংবীরগা মত্তিক চপ চ্যবা দণ্ডি পিবীয়ু। ইপা ইপললশিংনা চৈতুপ চৈতুপ পায়তুনা মীগী ইমুঙ্গা হেক চংঙকপাসিদি খরদং কাইত্রা নিংই।" অসি হায়রতুনা মহাক্কী মপুরোইবা অমস্তুং মৌ অনৌবী অদুবু ময়াম মমাংদা পুথোকিলমই। মখোই অনিস্তু ইশা ইশানা য়াহুনা লাকপনি হায়বদু খংহল্লমই। গীতানা হায়রমই "হৌজিক্তি অহল লমন্না তৌবিগদবা হায়ববু কৈন্যা কৎপিগদ্রা মদু খন্নবীগদৌবা মঙাইরে।"

অহিংনি। মতমস্তু খর থেংলে। হৌজিক্তি কৈন্যা কৎকদবা মুপী অদুস্তু মকম খংদনা মাংখ্রে। থাঙ্গৈশেংবদি মহাক গীতাগী মমাংদা মিকুপ অমফাও লৈবা ঙমখিদ্রবনি। অচিকপা অহিং অসিদা কুমারন ইকাইবা অমস্তুং হঙ্গোইবা অমগা লোইননা খংহৌদনা মমিত্তগী পি শিস্থরম্মী, গীতাগী মমাংদা মমায় অদু উৎপস্তু হঙ্গোই-রমই। কৈন্যা কৎকদবা মুপী অদুস্তু মাংখ্রে। মহাক্না মুপী অদুবু থোঙ্গদোক্ল পাম্মুবগী য়া নত্তে; গীতাগী মমাংদা, মথন্ত হায়ফম খংদনা পংইদা ইকাই। গীতাস্তু মপুরোইববু ময়াম মমাংদা পুথোক্লনা য়া হংবা, ময়াম মমাংদা থোনা ফখিবদু অস্তুম খল্লুরগা হৌজিক্ত নৌনা ইকাইবা পোকলমই। ঐনা তৌখিবদু লাল্লমাল্লে হায়না মপুক্লিংদা খল্লমই। মতম অসিদা কুমারনা মমায় খুমজিল্লহুনা গীতাগী মনাক্তা চংলকই অদুগা "গীতা। ঐনা তৌরিসিবু কৈনো" য়াম্না মুঙাইতনা, কপ্পগুম তৌরমই। গীতানা কুমারগী পুকচেল অদু খংলদুনা নোকফেৎ তৌনা অস্তুম্না হায়খি "হন্দক মরক্তি পাল্লগস্থ য়াম্না কনবীরমখ্রে।"

মতুং অসিদগী মখোইগী ইমুং অসিদা করিগুম্বা রাথোক, থোদোক অমতা তাখিদ্রে। য়ুমগী মৌ অহুম অদু তমজনিঙাই ওইরবী য়ুম্বানবী অমমম ওইখি। প্রনীতা, কমলা, গীতাগী মচেম ওইজবদা থোইনা হেন্না হরাওজখি।

তাং ৮ | ১১ | ৫৭ ইং
কংলাতোংবী বঙ্গলো

---

# মনিপুরী জগোয়

ভারতকী মফম খুদিংদা, পৃথিবীদা মনিপুরী জগোয় — মনিপুরী জগোয়। মনিপুরী জগোয় অসি সমদ্র ঈরম তরেৎ লানখ্রে, দেশ কয়া শন্দোকখ্রে। তরানাপন শুবা শতাব্দীদা মনিপুরগী শগোল কাংজৈনা পৃথিবীবু ঙকহনখ্রে। অমুক কুনগুবা শতাব্দী সিদা মনিপুরী জগোয়। মফম খুদিংদা মনিপুরী জগোয়। মনিপুরী জগোয়বু তাদবা লৈবাক লৈরমখিগদ্রা ? হন্দক রাসিয়াগী প্রধান মন্ত্রি বুলগেনিন অদুগা কম্যুনিষ্টকী লুচিংবা খুরসেব ভারত্তা খোংদাবীরকপগী স্বগত ওইনা মনিপুরী জগোয়না লুচিংহুনা দিল্লিগী নেসমেল ষ্টেদিয়মদা উৎকদোরিণ টিকেট মমলদি লুপা তরানা খ্বাইদগী অতোনবনি। জাতি শুরে, মাইকৈ মরিগী মীনা পিক থনখ্রে। টিকেট ফংনদবা কাওনা কাইচেল চেন্নরি। কারগা, কারগা লম্বী থিংখ্রে। মীশক্তদু অভোৎবা, অমুবা, নাপু; মীওইস্নু মচাদগীনা ময়াই, অচোবা শুরে। টিকেট ফংদবনা মপান্দা লেপ্পা

কাংবুশিং অহুনা মী লিশিংদগী হেনখ্রে। ফেমিঙ্গি পুরক্কুনা লাকপা কাংবুস্থ য়াওই। মখোইশিং অহুনা রারি শারমই—ঐদি মদ্রাজদগী লাকপনি। ঐখোইনা বেঙ্গলদগীনি। ঐখোইনা বোম্বেদগী। ঐনা মৈশুরদগী। ময়াম অহু থাপ্ল থাপ্লবা মফমদগী লাকলবা নিংবা কাইরবা ভাক্ত। থাঙ্গেশেংবমক মুভাইত্রে। মখোইশিং অহুনা অমগা অমগা ওনশিন্নহুনা রারি শারি—জগোয়মক উত্রবস্থ মপান্দা জগোয়গী মনিল খরদি তাবা য়াইদনা। মতম অসিমক্তদা জগোয় হৌবগী পুং ইশৈ তারকপদা মখোই পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈরম্মী। কাংবু খয়না পুংখোল অহু তাবদা মুভাইরহুনা মঙক নোম্বস্থ য়াংওরমই, খরনা মমিৎ উইশিন্দুনা—বা, বা হায়রমই। খরনা অমুক "পণ্ডিত নেহরু ফত্তে। মহাক্না লম খর পাক্না শিল্লমলবদি ঐখোইস্থ উগদবনি।" অমনা অমুক "নেহরু বাবানা অসি খবা হৌনদেদা, মখোই খরদা মুভাইরগা লোইরে" অমনা অমুক "তুমিন লৈয়ু ইশৈ অমা শকলক্লে।" মখোই পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনা ইশৈ তারমই। ইশৈদি মৈতৈগী লাই হরাওবগী— "থেকিম্নু, থেকাম্নু, মিৎচিনা খোই খোই সনাম্নু।" ইশৈ অহু তাবদা মখোই পুম্নমক পুক্নিং লুপখ্রে। মদ্রাজী বাবু অমনা মুভাইরহুনা মঙক হাইরক্লে, ইশৈগী মতৌ ভমলহুনা "হা,—হা—থেকে, থেকে।" অমস্থ মহাক্কী মতৌ ভমলহুনা "হা - হা—থেকে।" মরৈদি কোন্তক, কোন্তক ভৌরহুনা বা ভাংলমই। মদ্রাজী বাবু অহুগী মুরবা মায়থোংদা লৈতেংলিবা আনোক অহু থক্লিক্কুং শেমলহুনা 'ঐদি মতম কুইনা মনিপুরদা লৈক্করবনি।

মনিপুরী মুপীশিংদি লম্বী চৎপফাও' জগোয় শাহ্না চৎলি। মখোইগী খোংথাংস্থ তাল অমা ফংদ্রিফাও হেক থাংদোক্কে।" অমনা 'বা—বাঃ করম্বা লৈবাকনো ?" বোম্বেগী মরাঠি বাবু অমনা হংলম্মী।

মদ্রাজী বাবু অহ্না মখুৎ হাইবনে, খোংথাং শেম্বনে—মচিন্না পুংলোন হায়রহ্না "ধ্যাং, খিং—ধ্যাং. ধ্যাং" মহাক্না শাখিবা জগোয় অসিনা অঙকপনি। মতাং অসিদা বাঙ্গালী বাবু অমনা অমুক মখুৎ হাইরহ্না "হা—হা, মনিপুরী থাবল চোঙবা।" মখোই ময়াম ওনশিন্নরহ্না মনিপুরগা সঙ্গ তৌবা তান্নরমই। বাঙ্গালী বাবু অহ্না খর চাওখোক্ন "ঐদি মনিপুরদা পোকপনি।" মহ্ তাবদা মীয়াম পুন্নমক অহ্ মঙোন্দা ওনশিন্নরমই। রাঙ্গালী বাবু অহ্না য়াম্না খংনা হায়রমই "থাবল চোঙবা—মনিপুরী ফোক্ক ডান্সনি। ব নোমলহ্না) হা—ঐগী মরুপ বীরেন, চৌউবা লৈরে। হা—উরিকোক্ক (উরিবোক) চোংলে!" মরৈ কোস্তক, কোস্তক মমিৎ-মনা ইরং লংখৎনা মৈতৈ লোন্না হায়রমই। মদ্রাজী বাবু অহ্না মুন্না তারহ্না মহাক্না অমুক হেন্না চুমখোকপগুম তৌনা "হা—হা—চাউবী, থাবলচাউবী। মনিপুরগী মিংদি—চাউবী, তোঙবী, অঙেঙৌবী।" য়াম্না হৈশিংনা হায়রমই। খংহৌদনা বাঙ্গালী বাবু অহ্নগা মদ্রাজী বাবু অহ্নগা মখোই অনি থাবল চোংবগী খোংথাং হৈবা তান্নরমই। মখোই অনি মখুৎ শম্নরহ্না থাবল চোংলমই। টিকেট ফংদ্রহ্না লেপলিবা কাংবুশিং অহ্না মখোই অনিদা ওনশিন্দুনা কুম্মৈ য়েংলমই। অঙাওবা কাংবু খরস্থ য়াওশিল্লমই। য়েংলিবা কাংবুশিং অহ্না "বাঃ—বাঃ মনিপুরী ফোক্ক ডান্স। মখোই'স্থক হৈবশিনদি মখোইনা শারমলবদ কয়াদা ফজগবা।"

কাংবু অমনা মনিপুরগী অর্থ তৌনরমই। অমনা হায়রমই "Green Land" অমনা "Purple Land" অমনা "নখোয়না হায়রিবদো পুংলাস লাল্লি—Land of Diamond হায়বনি।" মুপী খরদি পুমঙক ঙকখ্রে। মখোইস্মু অঙকপগা লোইননা "Land of Diamond !" হায়দোকলমই। অঙকপগা লোইননা মখোই মশেল য়েংনরমই। মুপী অমনা "ডাইমন য়াম্না লৈব্রা ?" মপুক্লিংদা ডাইমনগী লৌবুক, লম্কাং, লম্বী খুল্লকসে ডাইমননা চাইথোক্তুনা লৈবা—মতুংগী দৃশ্য অমা উবগুম তৌরমই। মুপী অমনা "মমাংদৈদা ঐখোইদা কেরাণী ওইরম্বা মুপা অমা মনিপুরদা থবক তৌরুই হায়রুনা লুপা লাখ কয়ামরুম পুরকই হায়বা তারমই। মনিপুর অসি ডাইমন য়াম্না লৈরমগনি।" মুপী অমনা অমুক হংলমই "অহিংদদি কমদোই ? উরক মারক্তা মনিনা ইরং ইরং লংব্রা ?" অমনা অমুক—নেহরুনস্মু অস্নুম্না হায়খি "Manipur is jewel of India" অস্নুম্না মপান্দা মনিপুরগী মরমদা নৈনরি।

মনিপুরী জগোয় উবদা খুরসেব ভাই, বুলগেনিন—এতোম বোম, হাইড্রোজেন, মিসল্, নেটো, সিটো, কাশ্মীর পুমকাও কাওখ্রে। ময়া ইকা কানা মনিপুরী জগোয় য়েংলি। মিষ্টর নেহরুনা মরক মরক্তা য়াম্না হৈশিংনা অর্থ হন্দোকপিরমই। মনিপুরগী হৌজিক্তা শকখিবা ফোক্ষ শোঙ অমা—থেকিন্মু, থেকান্নু, মিংচিনা খোই, খোই, সনান্নু……। মসি মনিপুরগী পোপুলর ওইবা ইশৈ অমনি হায়বসে খংহন্নিংবগা লোইননা খরগা চাওখোকপগুম তৌনা মচিন্দো ইস্মোরুহুনা রাসিয়াগী প্রধান মন্ত্রি বুলগেনিনগী

নাকোংদা হায়রমই—"মেছিন্না কোই—কোই—, শোন্নু-উ।" অমুক মহাক্কী মথবাক্তগী গুলাপ অহু মখুৎনা পাইরহুনা মনম নমলমই; অহুগা অমুক মুপী অমগী ন'কোংদা লোৎনা র, হায়বগুম মোমোন তৌনা মিষ্টর বুলগেনিনগী ন'কো'দা মচিন্দো ইস্থোক্লহুনা। "মেছিন্না—কোই—কোই শোন্নু-উ।" মিষ্টর বুলগেনিন নেহরুগী নৌরবা খোঞ্জেল অহুদা পুংপও পংথবগুম তৌরমই, মমৈথংদা মহাক য়াম্না পওনা উখ্রগনি মতাগুম মকোই অহু খজিক্তং নাল্লহ্না, মমিত্তো শিংলপ তৌনা মিষ্টর নেহরুদা মমায় ওস্থোক্লহুন "Yes, Yes, শোন্নু-উ।" হায়রমই। ওহাক লৈরগা মিষ্টর বুলগেনিননা হংলমই "মিষ্টর নেহরু! মনিপুরী শোংদা—,থৈকান্নু-থংকান্নু, মসিবু Burmis language নত্রা?" মতাং অসিদা নেহরু নাখল হাইযেৎ খল্লমই। মীনা মহাকপু প ণ্ডত হায়নরিবসে মগুণ মাংখ্রগনি মতাগুম "চুম্মী, মিগ্রেসন মতমদা ত্রমিজ খর খুন্দারম্বা য়াই। অদুবু ফিলোলোজিগী মতুংইন্না য়ে'উরবদি খুন্দারকপা কাংবুগী লোল অসিনা মহৌশাগী লৈরম্বা লোল অসিবু এক্সপ্লোইট তৌগনি হায়বদি থাজদে।" নেহরুগী য়াম্না উশিল্লগা হায়রকপা অসি উবদা মিষ্টর বুলগেনিন পান্না ফাদবগুম তুমিন লৈরমই।

মিষ্টর খুরসেবনা হায়রকই "হৌজিক পৃথিবীগী ইরাং অসিদা শান্তি ফংলমত্রবা ঐগী থমোইনি। অদুবু ওসিদি শান্তি ফংলে।" ময়াম পুম্নমক খুবাক প্রোক, প্রোক খুরমই। মিষ্টর বুলগেনিননা অমুক শ্রীনেহরুদা হায়জরমই "রাসিয়াদা ভারতকী ডান্স ডেলিগেসন লাকপবদি মনিপুরী জগোয় য়াওহনবীরকউ।"

মনিপুরগী আর্টিষ্টশিং অসিবু লাইগী মচাগুম য়েংনরমই। ফোটোনা মিকুপ খুদিংগী লৌরিবা—, প্রেসশিংনা মথং মথং রিপোর্ট লৌগদবগী চেম্নরি। প্রেসশিংনা মত ফোংদোকলি— "মনিপুরীদি কলা বিত্যাগী মরমদা য়েংউরবদি—পোকপদগী হৌনা আর্টিষ্টকী মগুণ য়াওরকলবনি।" খর অমনা "সভ্যত ওইরবা, অতুগা ভাবতকী সংস্কৃতিগসু য়াম্না মরী লৈনরকলবা কাংবু অমনি।" টাইমস ওফ ইণ্ডিয়াগী আর্ট কৃটিক অমনা মনিপুরী জগোয়গী মরমদা য়াম্না নিংথিনা ইবা মহাক্ক কটিং তৌরতুনা য়াম্না হরাওনা মনিপুরী আর্টিষ্টশিংদা উগল্লমই। মহাক্ক আশা তৌরমই—মহাকপু থাগৎপিরক্কনি হায়না। মনিপুরী আর্টিষ্টশিংনা মহাক্কী কটিং অতু হাইযেত্তুং য়েংলে হায়রগা নোকফেৎ তৌনা মতু অমুক পিথোক্লে। মতু উবদা কৃটিক অতুনা হঙ্গোইবগুম তৌরমই। মতাং অসিদা মহাক্ক অমুক মত ফোংদোকলমই "মনিপুরী আর্টিষ্টশিংদি ব্বা ভাংগন্দে। মখোইদি হাইফেত্তুং নোকপা অসিনা ব্বাহং অমসুং পাউথুমনি। মসিনা মী খুদিংমকপু ভাব তাহনবা ঙমই।" মতাং অসিদা মনিপুরীদি শঙ্গোমগী মহুত্তা ঙারী চায় হায়বসিতংগা খংহল্লম্নবদি অমুক্ক হেন্না থাগৎনরমগদবনি।

মনিপুরী আর্টিষ্টশিং অসি দিল্লিদদি মরোন থোকলমদে। য়াম্না ব্বানা লৈরমই। করম্বা মুমিংথাদা, দিল্লি থাদোকদগে হায়তুনা ঙাইতুনা লৈনরমই। মখোইবু ফন লুনা চাম্না থমতুনসু লৈবা ইহৈ হৈনরমদে, নিংথিনা খাজিল্লবা জেল অমগী মমুংদা থম্বগুম তৌরমই। হৌজিক্তি অসামগা য়ৌরকপসিদদি ব্বা ঙাংনরকলে।

স্বর হোন্নরকপগুম তৌরক্লে। অমগা অমগা ওনশিন্নহুনা ৱারি শাবা হৌরক্লে। কন্না নোক ।স্নু ঙমজরে। অর্টিষ্ট অমনা "মখোই' হেন—সে হায়বদো ঐদি অহানবা ওইরহুনা স্বাইবু লাওকরে।" অসি হায়রহুনা মখোই মশেল পংনোক্তা নোকলমই। অমনা অমুক "করি লমগী সাহেবনোনে? মমিত্তি ঙৌরোক ঙৌনা ইরুং লংলহুনা ঐদি কিবনা।" অমনা "মকোই চোম্বা মুপা, য়াম্না চাওবনি হায়বদো কনানো?" অমনা "মহুদি কুসকী নেহরু হায়বহুনি।" "যনবু রাসি লৈনে"

মনিপুরগী চাওখোকনফম ওইরবা আর্টিষ্টনিং অসি আসামগী চা বাগান্দা অমুক হাইজল্লুদনা মানপুরদা তেক্ত কাইদনা হল্লকপা ওইসনু।

তাং ৬ | ১ | ৫৮ ইং
ইম্ফাল

---

# ৱারৌ চাওবী

অথেংবা অহিং মীচিক মীরাওখোল তাগ্রবা মতম অসিদা য়াম্না ইংলবা ইশৈ অমা তারমই। অস্তুক থেংনা ইংলবা অহিং অনিদা অসিগুম্বা ইশৈ অসিবু কনানা শকলকইবনো? অহুগা ইশৈ অসিনা কনানা তারিবা? ইশৈদি মুংশি মুঙলগী মওং, য়াম্না থমোই শোক্লবা, মুংশিবী কনাগী মফমদা পুকচেল শেংনা চংজনবগী লম্বী অমতং নিজবা অহুনি। অহুবু ইশৈ অসিবু কনানা শক্লকইবনো?

অস্থক থেংলবা অহিং অসিদা। অদুগা তাবিনবনা কনা লৈরিবা ? শান্তিদি ইশৈ অদু তাবদা মরুভূমিদা মায়ামরীচিকানা তৌবগুম অস্থম তপ্প. তপ্প মপাল খোকখিবা উরমই।

শান্তিগী পোত্থাকম খংদবা থমোই অমনা মহাকপু কয়াগী মতিক ৱাহনবনো হায়ব'সি মহাক মথন্তনা খংজে হ'য়বসে ঐস্থ য়ানিংই। মহাক্কী থৌরোক অমস্থ নিংশিংই—নোংমা অয়ুক অমা মহাক্ক ঈশিং শোকপা থোকখিবদা মঙাইরি; অদুবু য়াম্না থুন্না অমুক চেনশিল্লক্কুনা অনাবা মপুরোইবা কুমারগী মখোং কোল্লদুনা হিক, হিক কপ্প পাউ তমলকই "ঐনা ঈশিং শোকপা চৎপদা ইমাহোই, বাজিহোইনা ঐবু ফাগদবগী ঙাইদুনা লৈরমই। ঐবু মফম অসিদগী চৎহনবীগনু।" শান্তিগী থমোই শোক্ক কপ্প হায়জবদু কুমারনা অস্থম্না খুমলমই "নহাক চৎলো। নপামদা হল্লো।" শান্তিগী পি অমুক হেন্না শিন্থরমই "মদু হায়বীগনু······, ঐবু··· ঐবু য়ুম'সিগী মৌ নত্রব্রা ?" কুমারগী "চৎলো" হায়বা ৱাথং অসি তাবদা শান্তিনা মিকুপ অমতং পন্থনবা শক্তি লৈনখিদ্রে।

কুমার ইশৈশকপা অফাওবা মুপা অমনি। মহাক সংসার অসিদা উখিদ্রে। মহাক্কী কর্ম্ম পুন্নমকস্থ লোইখ্রে। অদুবু মহাক্কী কর্ম্ম অমতদা শান্তিনা মায় ওনশিল্লমদে। মমা মপানা কয়া হায়, লৈকাইগী মীনা কয়া থেমই "ইবেম্মা, নপুরোইবগী সেবাদি য়াওফম থোকই। মীনা করি হায়নখিগদগে ?" শান্তিনা অস্থম্না খুমখি "মহাক শিরগা ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ? শিরবদি শিরেদনা।" মহাক কুম্মৈ-ফিয়োং ইরাং য়াম্না পাম্বী মুপী অমা ওইরক্রে। মহাক

মথন্ত লৈবা হৈনরমদে। ময়াম লাংলগা হরাওজে, মুণ্ডাইজৈ। মহাক্কী মরমচৎ অসিদা মী পুম্নমকস্ তিংনরমই "ভরাংদা মপুরোইবা শিখিবদা মভাইরি—ওম্হোক্ক ঙমখ্রেদকো।" শান্তিনা করি'মক্ত থওইরমদে, মহাক্কীদি কুম্মৈ ইরাং, মীয়াম তিন্নবা য়াওরগা য়াম্না হরাওজে। অদুগা মথন্ত ভাইরগা লৈফম খংদে, ইচিক চিকই, করিগুম্বা অথেংবা অহিংদস্ কপ্পস্ য়াওই।

থাবলদি মমলি, মমলি তৌরি। মীচিক, মীরাওখোলদি তাখিদ্রে। করিগুম্বা খোঞ্জেল অমতং তাগে হায়রবদি নোং মরক্তা থানা লোৎনা থুপ্না চৎপগী শকুমদা মভাইরে। অদুগা অমনা ইশৈ অদুনি। শান্তিনা অসুম লাক্লুনা ইশৈ শকলিবা মফম অদু য়েঙরক্লে। মহাক্ক অমুক পম্বা লৈতনা থোঙ্গাল অমদা চংখি রমই, মুমী অমা মশম মনা ইফা ফারহুনা মাঙ্গোন্দা গ্রমাফোনগী রেকোর্ড অমা থোংলহুনা তারমই। মহাকস্ ইশৈ অদুদা লুপখিবনা শান্তিনা চংলকপদু পাক উরমদে। মহাক্ক শান্তিবু উরকপদা ঙক্ক "নহাক কনানো? মক্কম অসিদা করিগী লাকইবনো? অসুক থেংলবদা?"

শান্তি "ঐ ইশৈ তাবা লাকলিবনি।"

মুমী "অসুক থেংলবনা মফম অসিদা লাকইবা?"

"মানি, ঐনস্ খংনিই, থেংলবা অহিং অসিদা নহাক্ক ইশৈ অসি করিগী তারমলিবনো?" মুমী অদুনা শান্তিগী মশক অদু মুন্না য়েংলমই, উবদা মখোই অনি চহি লেঙ্গা। ওইনা তৌরহুনা অসুম্না হায়রকই "মরূপ। ঐগী পুন্সিগী অন্নাবা কয়ামরুম লৈখি।

অৱাবশিং অতুগী মমু.দা ইশৈ অসিমু অমা ওইরিবনি।" অসি হায়রমলগা "মরুপ ! নহাকপু ঐগী অৱাবা অসি হংবা লাক্লিব্রা ?"

"মাম্মি, ঐনা খংনিংই।" "অতুদি তাও মরুপ ! ঐগী পুন্সিগী করিগুম্বা ৱাখল অমতা কনাগী মফমদা ফোংদোকখিদ্রি। অতুগা কনানমু হংবীখিদ্রি। অহিং অসিদা নহাক্ল ঐগী ৱারি অমতং তাবীগে লাকপসে য়াম্মা মুঙাইরে। নহাক্ল আবিগে হায়রবদি— ৱারি মচা অমতং লিজগে। ঐহাক ইমা, ইপা কনামু লৈজদ্রবী নুপী অমনি। ঐগী লাইবকনমু খিবনা চহি অমা য়ুম পাল্লবা মতুংদা ঐগী ইপুৱোইবা লৈখিদ্রে। পুন্সি অসি য়াম্মা মুঙাইত্রে। ইথস্তু, মফম খুদিং ইচিক চিকই, ইথস্ত ; ইথস্ত মঙাইরে। ইশৈ অসিতনা ঐগী মরুপ ওইরিবনি। ওসিমু ঐনা অথেংবা অহিং অসিদা ইশৈ অসি তাৱমলিব্রসনি।"

শান্তি "ইশৈ অসি নত্তনা অতোপ্পা ইশৈ অমনা মহুৎশিনবদি য়ারোইদ্রা ? ইশৈ অসি করিগীদমক পামজরিব্বনো ?"

"ইশৈ অসি ঐনা য়াম্মা পামজৈ। মসিত্তনা ঐগী পোপ্পাবা ওইরি। থোইদোক্ল অত্তেপ্পো ইশৈ অমবু পামুবা তৌদে।" "করম্মা ? ঐবু খংহনবা য়ারোইদ্রা ?" "নহাক্ল মহু খংলিংলবদি।" শান্তিনা মরু লুকথনা তাগদবগী ঙাইরমই। নুপী অতুনা "মতম থরগী মমাংদা নহা ওইরিঙৈদা মংগুম্মা মুঙাইবা মতম অমা লৈরমই। মরুপমু খংবীরমগনি, মতম অতু কয়াদা মুঙাইরম্বা, কয়াদা মুংশিরম্বা। মতম অতুদা ইশৈ অসি তাজখি। ইশৈ অসি তাখিবা মুমিত্তগী ঐনা কাওবা ঙমখিদ্রে। ইশৈ অসি কনানা শকপনো ? কনাগীনো

হায়বা ঐ খংদে। ঐনা খংনবস্থ হোৎনখিদে। অতুবু ইশৈ অসিদি অঙাং ওইরিবৈদা চিন্দা পুখিবা শৈরেংশুম ঐনা কাওবা ইঙম মঙমদ্রে। ঐগী কাইনবা, অরাবা ময়াম অসিগী মরক্তা ইশৈ অসিস্থ অমা ওইরতুনা অথেংবা অহিং অসিদা ইশৈ অসি তারমলিবনি।” অসি হায়রমলগা মহাক্ন শান্তিদা হংলমই “মরুপ! নহাকপু কনানো? মফম অসিদা নহাক্ন লাকলিবসে করিগীনো?” শান্তি “ঐস্থ নহাক্নুম্বী মুপী অমনি।” য়াম্না মথরাই শোক্ন “মহাক্ন ঐবু তাম্থোকপিরক্লে।” অসি হায়রম্লগা মমিত্তা পিগী ঈরা চেল্লতুনা রা ঙাংখিদ্রে। শান্তিনা মুঙাইখিদ্রবা. মপুক্নিং শোকখ্রবা রাহৈ অমতং “তাম্থোকপিরক্লে” সিতনি, মহাক্ন মমিত্তগী মপি তানা মীপুম খুদিংদা তমজনিংইবা। শান্তিনা হায়রকই “সংসার অসিদা ঐগীদনি, কনাগীস্থ নত্তে। ঐদনা মপুনি হায়না চাওথোকচরম্বহু, মরুপ! মহু অরানবা ওইরমলে।” অসি হায়রমলগা “মরুপকী ইশৈ অসিবু শকলম্বা মুপা অতুদি শিখ্রে। মহাকী মমিং কুমার কৌই।” অসি হায়রম্লগা শান্তি চংখিরমই। মুপী অতুনা অঙকপা অমস্থং মুঙাইবতগা লোইননা শীতা নহাকপু কনানো? মহাক শিখ্রবা?”

মমিং অসিদগী শান্তিস্থ মফম কদাইদস্থ অমুক উথিদ্রে।

তাং ২৭ | ৮ | ৫৮ ইং

মোক্তরং

# শামুগী ইমা

ওনার্থ আশ্রম অমনি। আশ্রম অত্তুগী মনাক্তা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অত্তুগী মথাদা অঙা' ময়াম শান্নরি। উথক্তা অঙাং অমনা হৈ হেকপি ; মথাদা অঙাং খরনা মথুং থাঙ্গৎলত্তুনা "ঐগী, ঐগী" লাওরি। মতম অত্তুদা শামুনা ফুরিং অহনবা অমা লিংলত্তুনা মফম অত্তুদা চেনশিল্লকই. মথুক্তা মিঠাই খরম্ভু পাইরমই। অঙাং ময়াম অত্তুনা শামুগী ফুরিং অহনবা অত্তু উবদা "শামুগী ফুরিং অহনব', ঐখোইগীস্ভু ফুবিং লৌরুরসি।" অসি হায়রত্তুনা চেনগে তৌরমই। শামুনা মথুং তিংথোকলত্তুনা "'সিদি ঐগী ইমানা লৈবীবনি।" ময়াম পুন্নমক ঙক্লত্তুনা শামুদা য়েংলমই। শামুনা চাওথোক্ল ময়াম অত্তুগী মমাংদা "ঐগীদি ইমা লৈজে। নখোইগীদি লৈতে।" অঙাং অমনা 'নং নথন্তুগী ইমা নত্তে, ঐখোই পুন্নমক্কী ইমানি। ঐখোইগীস্ভু ফুরিং অহনবা ফংগনি। শামুনা মমিং লাওথোক্লত্তুনা "হাই—ঐগী ইমা হায়বদি আশ্রমগী ইমা নত্তে। ঐগী ইমা অশেংবনিনে। অঙাংশিং অত্তু শামুগী য়া তাবদা অমগা অমগা মমায় ওনশিন্নত্তুনা ঙক্ল য়েংনরমই।

হুমিদাংল্লাইরমনি। আশ্রমগী অঙাংশিং হান্নগী মতৌগু কাংবু, কাংবু নাইরত্তুনা চাক থোংলি। অঙাংশিং অত্তুনা শামুগী ইমাগী মরমদা ল্লারি শারমই। অঙাং অমনা "শামুদি হয়েং মমাগা মন্নুমদা চৎলগনি।" অমনা "মাগী মমাদি য়াম্না থাপ্পমাল্লে।" অঙাং অমনা "য়াম্না থাপ্লগা ঐখোইগীস্ভু ইমা লৈরমগদ্রা ?" অঙাং ময়াম চাক থোংনা থোংনা শামুগী মমাগী মরমদা ল্লারি শারি।

আশ্রমগী ইমা অতুনা অঙাং ময়াম অহু আশ্রমগী শুমাং অতুদা ফমহল্লতুনা ৱা তাহল্লি :—

"অঙাংশা ! নখোই পুন্নমক তারো হয়েংদগী শামু অসি ঐখোইগী আশ্রম থাদোক্তুনা মমাগী মনাক্তা চৎখ্রগদবনি। শামুবু ময়ুমদা চৎখ্রে হায়তুনা নখোইনা মহাকপু কাওরোইদবনি। হান্নগী ময়োগুম্ন চাকখুম অমুত্মা চামিন্নবা, ফমুং অমতদা হিপমিন্নবা নচিন ননাওনি হায়না মহাকপু নিংশিংগদবনি। নখোই পুন্নমক নচিল ননাও ভাক্তনি। শামুনস্ু ঐখোইবু কাওরোইদবনি।" মভাং অসিদা অঙাং অমখক্ক য়াম্না ৱাংতক্কবগা লোইননা ফুক হোগত্তুনা "ঐগীস্ু ইমা ফংগদ্রা ?" আশ্রমগী ইমা অতুনা নোকসমই "ফংগনি। নংদা নত্তে, নখোই পুন্নমক্কীদি নুপী পুন্নমক ইমা ভাক্তনি। নখোইগীদি অৱাংপা লৈতে।" আশ্রমগী অঙাংশিং অদু হৱাওৱমই। অঙাং খরনা "ঐগীস্ু ইমা। ঐগীস্ু ইমা পিয়ু।" হায়রমই। অঙাংশিং অতুনা হৱাওজরমই—ঐগীদা ওইবা ইমা ফংজরবদি। অতুগা শামুদ আশ্রমগী ইমাগী ৱাহৈশিং অদু তারগা মক লুকথনা কপলমই। মহাক্কী ৱাঙাং অসিনা আশ্রম অসি থাদোকপা তারে হায়বসে মহাক্ক খংলমই। হৌজিক মহাক্কী ওইগদৌরিবা ইমা অসিনা করম্বা ইমা ওইরিগবা ? পিক্লিঙৈদগী মহাক্ক খংজরকপা ইমাদি আশ্রমগী ইমাসিদনি। মহাক্কী মফমদদা মহাক্ক নাওথি শাজৈ, কেজৈ, মপুক্লিং থুংদবা অমা লৈবদা ওইনজৈ।

অয়ুক অঙনবনি। আশ্রমগী অঙাং পুন্নমক শামুবু থিন্দোকপা, পরেং, পরেং লেংলি। আশ্রমগী হৈন্নৌ পাম্বী, পুংদোল পাম্বী

শামুনা তোংদুনা শান্নরম্বা উপাল পুন্নমকসু শামুবু য়েংবগুম তৌরি। পাক্লবা লম্ফাং, মাংদা উরিবা চীং, মহাক্ন শান্নরম্বা মফম, মহাক্ন চাক থোংলম্বা শং মফম খুদিংমক শামুনা কোইনা, কোইনা য়েংলমই। মসি পুন্নমক্ত মহাক্ন থাদোক্নুনা চংশগদবনি। মহাকপু থিন্দোরকপা অঙাংশিং অতুনা "শামু নংদি নংগী ইমাগী নাক্তা লৈরবদি নুঙাইরগনি। ঐখোইবু কাওরগনিদো" শামুদি ব্রা ঙাংবা ঙমলমদে, থোইনা হেন্না মহাক্কী মরুপশিং অতু নুংশিবা পোকলমই। মহাক্ন য়াম্না লুনা থমজবা মহাক্কী শান্নপোৎ, মার্বল অহুম, তেলঙ্গা অনি, ফং, কাংজৈ মহাক্কী লৈজবা শান্নপোৎ পুন্নমক মহাক্কী চান্নবা মরপশিংদা অমমম পিরমই মহাক্ন চৎননবগীদমক হরা তোংলকপদা মহাক্কী মরুপশিং অতুনা হরাওনা লাওরমই "শামু! নুঙাইনা চৎলোকো" খর অমনা "শামু! ঐখোইগী আশ্রমদা অমুক লাকউকো।" শামুদি অস্নুম থাপ্ন থাপ্ন চৎপা হৌখিরমই।

আশ্রমদগী মাইল কুন চৎলগা সহর অমদা শামুগী অনৌবা মযুম অমা ফংলে। মফম অতু কুংনা শারবা য়ুম ঙাক্তনি। লম্ফাং উ, ব্রা হৌবা চীং তুরেল অমতা উদে। মফম অতুদদি কুংনা শারবা য়ুম, মশিংথিফম থংদ্রবা মীয়াম। শামুনা য়ুম অমস্নুং সহরগী মীয়াম অতু উবদা স্বর হোনফম লৈতবগুম তৌরমই। নুমিদাংব্রাইরম ওইরকপদদি মহাক ইচিক চিকই। লম্ফাংদা আশ্রমগী মমান্নবা ময়ামগা চেনমিন্নবা, শান্নমিন্নবা অদু নিংশিংলমই।

শামুনা মহাক্কী অনৌবা মমাগী মনাক্তা লৈজবসি মহাক য়াম্না হরাওজরমই। মমাগী য়াথং মতুংইন্না ঈশিং শোকই, কোল

ফেংই, শীং খাই, ব্লাই তৈরমই। মতম পুন্নমক্তা মিকুপ অমত্তা পোখাদনা থবক শুরমই থবক তৌই হায়দুনা মহাক মুঙাইতবা লৈরমদে। অদুবু মহাক্না মুঙাইতবা অমদি মহাকপু লাইরিক তমহন্দ্রে। নোংমা মহাক্না মন্দোন্দা হংলমই "ইমা! ঐবু লাইরিক তমলরোইদ্রা? লাইরিক তমদ্রবদি আশ্রমগী ইমান' ঐবু চৈগনি।" মন্দোন্না "তমগনি! মতম খব ব্লাংল।" হায়রমই। মহাক্ন থাজরমই, মহাক লাইরিক তমগনি। মন্দোনগী মচাশিংগুম্না স্কুল চংকনি।

চহি অমরোম হৌখ্রে। শামুনা মমাগী মনাক্তা লৈজবগী করিগুম্বা খুদোংচাবা অমত্তা ফংদ্রে। স্কুরিং, খোংগ্রাউ অহনবা অমত্তা থোনবীদে। মহাক্না হান্না শেংলকপা অদুসু মচেং মচেং তংপনা শেংপা য়াদ্রে। লাইরিকসু তমহনদে, চাবসু মনিং থুংলমদে। থবক্তি মিকুপ অমতং হাংহন্দনা শুহল্লমই। নোংমদি শামুনা মমাদা হ্রাকংলমই "ইমা! আশ্রমদদি ফি লৈরবসু ঐখোই ময়ামগী অমমম লৈবী। চাক পিজরবসু ঐখোই ময়াম পুন্না পিজে। লাইরিকসু তমহল্লি। ইমাদি ঐগী ফিসু লৈবীদে, ইনাওশিংগীদি লৈবী। চাকসু ঐবুদি খজিক্তা পিজে। অদুগা মখোইদি অহুমরক পিজে। আশ্রমগী ইমাদি' ফৈ। নংদি ফত্তে।" মাগী ব্লাকং অদুদা মন্দোল শাওরমই, শামুদা মমিৎ লাওনা পাংলদুনা "ব্লাঙাং হৈরেদা মসি অঙাংসে" হায়না খুপাক্ত শেং, শেং থারমই। শামুনা মমাগী অশাওবা অদু উবদা কিদুনা চেনখিরমই। শামুগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোকলদুনা ব্লাখল তৌরমই "'সিবু ঐগী মমারনে?"

শামুনা খল্লম্বা অতু অরানবা ওইরমলে। মহাক্কী মমা নত্তে, কনাগুম্বী মন্দোল অমনি। মহাক্কী চিংনবসে পোক্লবগীদমক নোংমদি মহাক্ক নোল্লুক্ক মন্দোন্দা হংলমই "ইমা! নংবু ঐগী ইমারনে?" ৱাহং অসিদা মন্দোন্না "কোন ফেংগেদি হায়দ্রদুনা করি থোকয়েনা হংলিবনো?" অমুকস্তু চৈ অমনা শেৎ, শেৎ ফুরমই। শামু মমা মপা লৈজদ্রবস্তু আশ্রমদুদি কনাগুম্বা অমতনা মহাকপু মিৎচিনফাও কন্না য়েংসমদ্রবনি। অদুবু মফম অসিদা মহাক চৈ য়াম্না চাবা ফংলমই। মহাক্ক মমাগী মনাক্তা লৈরগা মুঙাইজগনি খঞ্জরম্বদো অরানবা ওইরমলে।

শামু হৌজিক্তি মপাল থোকলমদে, করিগুম্বা ৱাকৎ অমতস্তু মমাদা হায়রমদে মহাক্কী মমলবা কা অদুদা কমলদুনা পুক্লিং চংনা মন্দোলগী য়াথং ঙাইরমই। মহাক চাক পিজদে, লাইরিক তমহন্দে হায়বগী করিগুম্বা ৱাহং অমতা তৌখিদ্রে। মন্দোন্না হেক কৌবা তাবদা মন্দোলগী মমাংদা চপ লেপলমই, অদুগা অঙৌবা ময়াদো হিগত্তুনা নোকলমই। মহাক্ক করিগুম্বা অশাওবা মুঙাইতবা মায়থোং অমতা মন্দোলবু উহল্লমদে। অরাম খৌরাংবা কয়া লৈরবস্তু মন্দোলগী মশক হেক উবদা ময়া হিগত্তুনা "হিঁ, হিঁ, হিঁ" নোকলমই। মসি মহাক্ক পুথোকচবা মন্দোন্না চানবীনবা খ্বাইদগী অফবা খুৎলাই অমনি। অথেংনা অহিং কনাগীস্তু মীচিক মীরাওথোল তাদ্রবা মতমদদি মহাক্ক হিক, হিক কপলমই, অদুগা আশ্রমগী মনাবু মপুক্লিংদা ৱারোরমই। মহাক্ক মহাকপু মফম অসিদা থাদোরক্কুনা মহাকপু ৱাহল্লিবনি। মহাক্ক "ঐবু ৱাহল্লিবসে

করিগীনো ?" হায়না আশ্রমগী মমা অদুবু শাওনা নিংশিংবা হৌরমই। অমুকস্তু মপুক্লিং মুংশিনা কপলমই।

নোংমদি মহাক্ন আশ্রমদা চৎনিংবনা আশ্রমগী লম য়েংবা হৌরমই। মন্দোন্না উখ্রগা ফুবিগদ্রা ? হায়না কিবনা নারক, নাপী অন্নাংবা হৌবা লমপাক মচা অমদা চেল্লকলদুনা নাপী অদুগী মরক্তা মঙক মখৈ থাঙ্গৎলদুনা আশ্রমগী কবিনা য়েংবা মিৎয়েংগুম আশ্রমগী লম য়েংবা হৌরমই। অন্নাংথংবা অতিয়াদা উরিবা নোংশিং অসি শোইদনা আশ্রম মনাক্তা পাইবা ওইরমগনি। অদুগা তামনা মশেল মঙাল উখ্রিবা চীং অসিনা আশ্রমগী চীং অদুনি। মহাক্ন আশ্রমগী লম্বী খুদিং, উপাল খুদিং অমমম নিংশিংবা হৌরকলে। অমুকস্তু মপুক্লিংদা খল্লমই— আশ্রমগী হৈপাল, লৈপাল খুদিংমক্ন মহাকপু মশক খংবীরমখিগদ্রা ?

ঙসিগী অয়ুক অসিদা শামুনা হান্নগী মতৌগুম মহাক্কী মন্দোলগী মচাশিং অদুগী লাইরিকশিং অদু পুরদুনা মখোইবু স্কুলদা থিনবা চৎলমই। মহাক্ন অঙাংশিং অদু স্কুলদা থিনবিরমলগা লম্বীদা লেপ্তুনা আশ্রমগী লম্বী অদু নিংশিংবা হৌরকলে। মহাক্ন লাকপা মুমিৎ, চৎলকপা লম্বী কয়া, উনরম্বা উপাল পরেং, লৌবুক লমহাং কয়া, মাইল কুনগী লমশাং অদু মথং, মথং নিংশিংলমই। মহাক্ন নিংশিংবগী শক্তিনা আশ্রম য়োনা চৎখ্রিবা শাংলবা লম্বী অদুদা তারিবা পিকলবা মুঙ মচা খুদিংমক মহাক্ন মুন্না মশক খংলমই। মহাক্কী ফিজেৎ পুম্নমকস্তু অবোৎপা, শেগাইবা, মুংশিৎনদি হাই- হুম্বীরি। মশমস্তু শাংবনা মমায় পুম্নমক কুপশিল্লি। মশা

অহুস্থ ময়াং কংবনা খোংথাং অমদা তুগদবোই নিংই। অহুম ওইনমক শাংলবা আশ্রমগী লম্বী অহুদি মহাক্কী মমিত্তা তরু তরু উরি। মহাক্ক লম্বী অহুবু নিংশিং নিংশিংনা মাংদা মশেল মঙাল উখ্রিবা তামলবা চীংদোল অহুবু অমুক য়েংলমই, মখুৎনা মমায় কুপশিল্লবা মশম অহু অমুক হাইগৎলমই। মমৈথংদদি মহাক্কী মপুক্লিংদা য়েকলিবা আশ্রমগী লম্বী অহু কাইদনা অস্থুম চৎপা হৌখিরমই।

তাং ১২ | ৯ | ৫৭ ইং

মোতবুং

---

# মহাক কনানো ?

ক্লহিন্নি, ঙসি মহাক্ক চথরক্কদোরিবা খোংথাং অসিগীদমক্ক মহাক য়াম্না হঙ্গোইরমই। বাখল অসি অরানবনি। পাপকী সংসারনি। অহুবু লাইরবা, কনাসু লৈজদ্রবী, লাইরবনা পুন্সিসে অর্থ লৈশ্নদ্রে। মন্দোলগী পোৎফমদা ফমলমই। মশক্কি তনৌ তনৌরি। মশাগী ফজবনে খুৎশেমগী ফজবনে. ইংনা শুমহৎপগী মায়থোংনি। অহুবু মহাক ওক্রবীরা? মহাক্ক পোৎফম অসিদু কনাবু ঙাইরিবনো ? মতম অসিদা নিপা অমখক চংলক্কুনা পোৎয়োনবী অহুদা "ইন্দোল! সিনেমা য়েংগনি হায়বা নত্রা?" অসি হায়রমলগা টিকেত অনিথক পিরমই। ইন্দোলনা "ইবুঙোদি য়েংওইদ্রা?" "য়েংনি" হায়রমলগা চুক্রুপ অমা চমলহুনা চৎখিরমই। ক্লহিনিগীদি নিপা অহুস্থু মশক খংখিদে, য়েংরম্থ য়েংলমদে। চুম্না পোৎ লৈবা লাকপা মী ওইরবোই নিংলমই।

সিনেমা হৌখ্রে। ইন্দোলগা রুহিনিগদি সিনেমা য়েংলি, অহুবু নিপা অহুদি লাক্তে। রুহিনিনা মহাক করিগী লাক্তিবনো? হঙ্গদোবস্থ ইকাইরমই। মহাক্ক সিনেমা অহু নিপা অহুগা য়েং· নিংউবগী মরমস্থ নত্তে। পুন্সিগী লৈমিনগদবস্থ নত্তে। অহুবু মপুক্লিংদদি য়াম্না মুঙাইতবা ৱাখল অমা পোক্লমই– ঐ অসি ওক্কবীনি খল্লহুনা, ঐগী নাক্তা মহাক চংঙকপা হঙ্গোইরবনি। অহুগী মথক্তা মুপী ওইবীগী য়াম্না ওইনা চাওবী ৱাখল অমা—ঐবু পাম্বীদ্রবনি। শক খংনরবস্থ খংনদ্রবস্থ মিকুপ অমতংগী মরূপ শাবা ওইরবস্থ মঙোন্দদি ৱাখল অমা পোকখি—ঐবু পাম্বীদ্রবনি। সিনেমা লোইরে, ইন্দোলগা মখোই অনি ময়ুমদা হল্লমই। লম্বীদা মখোই অনি, ৱারি শান্নমদে। রুহিনিদি ঐনা করিগী সিনেমা য়েংউরিবনো? হায়না মপুক্লিংদা য়াম্না মুঙাইতনা খল্লমই। অমুকস্থ "ঐহাক অসি য়াম্না ওক্কবী ওইরব্রা?" মথন্ত হংজরমই। মহাক্কী ৱাখল মরক অসিদা ইন্দোলনা হায়রকই, "মহাক য়ুম খংই, মরাইনা লাকচগনি। ঐনা হায়রম্বনি।" মন্দোলগী ৱাহৈ অসি তাবদা মহাক অমুক হেন্না মথৱাই মুঙাইত্রে। মপুক্লিংদা ঐসে মাংলেদকো খল্লমই। অস্থম লাকপনা ময়ুম য়োৗরকলে। মখোইগী লৈরক চংফম অহুদা নিপা অহু ঙাইহুনা লৈরমই। নিপা অহুবু উবদদি রুহিনিগী ৱারৌ চাওরম্বা ৱাখলশিং অহু মাংখিরমই। ইন্দোলনা নিপা অহুদা "ইবুঙোদি সিনেমা য়েংদ্রব্রা?" নিপা অহুনা "ঐ থবক অমা লৈহুনা য়েংজদ্রে, 'সিদা 'সুম ঙাইজরমলবনি।" ইন্দোলনা রুহিনিদা "রুহিনি! ইবুঙো বাবু'সিনি।" হায়রমই। রুহিনিনা খজিক্কং য়েংলমলগা মরু নুকথরমই।

রুক্মিনিনা মৈখেৎ খেতুনা মৈ হোৌগৎলমই। নিপা অদুনা রুহিনিগী ফমুংদা কাংখল মমুংদা লৈরমই। রুহিনিগী ফমুং অদুদি মহৌশান্না ফি অমত্তা থাদুনা হিপ্তুমাল্লে। চরুগী ফমুং অদুদা ইনফি অপাবা অমনা কুপশিল্লমই। মওং অদুদি ওসি অহিংগীদমক য়াম্না নাম্না শেম্বা মাল্লি। অথেংবা অহিং ওইবনে, য়াকচিংগী অইংবা থাংবা ওমদবনে, নিপা অদুদি থক, থক নিকলমই। রুহিনিনা মহাক্কী অঙাং অদু ফমুং অদুদা শুমলমই। অঙাং অদুস্ক ফি অমত্তা য়াওদনা ইংবনা মিকপ থোকলদুনা কপলক্লে। মহাক্কী থাউমৈ অদুস্ক থাউ লৈতবনা সেকেও খররোম ঙাল্লমলপা মুংখ্রে। নিপা অদুনা ইংবা থাংবা ওম্মকত্রদুনা "মৈ খর হোৌসি ওস্থোক ইংখ্রে।" হায়রমই। অদুবু শীংদি লৈরমদে, রুহিনিনা নিপা অদুগী মমাংদা ইকাইরমই। নিপা অদুনা চুরুপ চম্বগী মৈখেৎ খেংলকপদা ফক্লাং নিঙ্খাইবগী য়াচেৎ খর তাবা উরমই। রুহিনিনা য়াম্না থুনা য়াচেৎ খর অদু শত্তোকুনা মতেক, মতেক থেকলমই অদুগা মৈ শেমদুনা হোৌগৎলমই। মৈরি খজিক, খজিক কাখৎলকপা অদুদা মখোই অনি খর খরদি উনরে। অদুবু রুহিনিনদি নিপা অদুবু য়েংবা ওমলমদে। রুহিনিনা য়াম্না ইকাইনা "য়ারোৌবীগম্বু করিস্ক সেভা তৌবা ওমজংদ্রে।" নিপা অদুনা পাউখুম পিরমদে ইমুং অদু পুম্নম মমমি। ঙাল্লিবা হায়ববু মৈতালগী মৈরা অদুদা মঙাইরে।

নিপা অদুনা "নহাক নথস্ত ঙাইরব্রা ?" ইথস্তনি।" "অহল লমন কনাস্ক লৈত্রে ?" রুহিনিনা "লৈ, ইমাদি লৈত্রে ; বাজিদি ইমা অতোনবীগা লৈখ্রে।" নিপা অদুনা অমুক "নহাক্কী নিপাদি ?"

"মহাক খাইনরে। মহাক তুপী অমা থিখ্রে।" নিপা অহুনা করি খল্লুরবনো? অসুমা হায়রকই ' নংগী পৈশা থোক্নবা লমী অতৈ লৈত্রব্রা?" রুহিনিনা য়াম্না ইকাইরমই, অমম্বা ওইহুনসু মমায় অহু খুমজিল্লমই, অহুগা "ঐগীদি কনাসু লৈজদ্রে।" অসুম হায়রম্লগা মহাক মশা মথন্তবু য়াম্না হঙ্গোইজরমই। অহুগা অমুক হায়রমই "বাবু! ঐগী ওক্তবীগী রারিসে কনাদসু শাবীগনু।"

নিপা অহুনা "নহাক্তি করম্না হিংগনি?" রুহিনিনা খর ইকাইনা খুমলমই "লং খরদং লৈজবা ফংলবদি মহুনা ফি শাহুনা হিংনবা অসুম হোৎনজগনি" মখোই অনি মশক্তি উনদে খোঙ্গেন্দি অহুম তানৈ। নিপা অহুনা "ঐ চৎলগেসে লুপা অসি" অসি হায়না লুপা তরা রুহিনিদা পিরমই। রুহিনিনা লুপা অহু লৌশিনবা ভমলমদে। নিপা অহু য়াম্না ইংলমাল্লে, মিকুপ অমতং পম্থনিংলমদে। মহাক্ন "সে লৌশিল্লু, 'সিনা লং লৈনৌ।" অসি হায়রমলগা চৎখিরমই। রুহিনিনা থোংজিন্দা লেপললহুনা নিপা অহুনা চৎখিবহু য়েংলমই। অহুবু অমম্বা অহিং ওইবনা মহাক্ন মমিৎ কুপ্তনা য়েংহুনসু নিপা অহুবু উবা ফংখিদে। মুমিৎ অহুদগী নিপা অহুসু য়াম্না থমোই শোকপা মুভাইতবা রাখল অমা পোকখি।

রুহিনিনা নিপা অহুনা পিরম্বা লুপা তরা অহুনা লং লৈরহুনা ফি শারমই। মহাক্না হোৎনজমন, নোমজমনগী সেন্দোং অহুনা মহাক্না মচিঙ্গাক পুজরমই। নোম্বা করবা রুহিনিগী মকমদদি সেন্দোংনা, সেন্দোং কংনবা লমী অহু ইরাই লাইনা থোকলমই। মচিঙ্গাক চাবদগী লেমসকপা শেল খর খর অহুনা

অমুক ভুংশিন্দুনা ফনেক অমা লৈজরমই। য়ুম পানবগী মওং অমা উজবদা মহাক য়াম্না সুগাইজরমই। অদুবু মহাক্ত ততুনা নিংশিংলমই মহাক কনানো? মহাক্ত ঐগী পুন্সিবু শেম্বীইরমলে, মহাক ঈশ্বরমকপা? থাঙ্গেশেংবমক মহাকী মফমদদি ঈশ্বরনি। রুহিনিনা মপুক্সিংদা খল্লম্বদগী মচিন্না ততুনা শোল্লকলে "মহাক কনানো?" অমুকম্ম মপুক্সিংদা ততুনা খল্লমই—মহাক কনা ওইরিগবা? মহাক চিংনবা অমস্থং খংনিংবা অসিনা লাংতক্করহুনা নোংমদি কৈথেন্দা কি য়োনবা ওইনা ইন্দোলগী মনাক্তা লাকলমই। অদুবু মহাক্ত করিগুম্বা অমত্তা হংবা ঙমলমদে। মফম অদুদা মিকুপ অমত্তং লৈগদবা ফাওবা হঙ্গোইবা পোকলকলে চিংনবা অমদি ইকাইবনা মহাক্ত মপুক্সিং লাংতক্কনা, খংনিংলিবা য়াকম অসি ইন্দোলদা করিগুম্বা অমত্তং কোংদোকলমদনা ময়ুমদা হল্লকই।

নোংমদি রুহিনিগী মমংদা নীপা অদু মথন্ত ইচিক চিক্ত উখোং অমদা ফমদুনা লৈবা উরমই। অস্থুম্না মমংদা ততুনা অদুমরক উরমই। মদু উবদা রুহিনিগী পুক্সিং মুগাইরমদে। মতম খরদি মহাকী য়াখল অদু ইচিক চিকলমই।

তাং ১৩ | ১২ | ৫৬ ইং
ইম্ফাল

---

# হাসপিতাল

য়াওশংগী মীয়াম তিনবা কৈথেলনি। থরোগা মমা মচাস্থু ফি লৈরি। মচা নিপা থোইবনা "ইমা। ঐগীদি অঙাংবা, অঙাংবা ফুরিৎ লৈবীয়ু।" তুকান অমদা অমুক চংলমই। মথস মথলগী ফিয়াম অতু উবনা থোইবনা থনবা ঙমত্রে। য়েংথি য়েংথিবদা মহাক্কী অপাম্বা ঙাক্তা। অসুক য়াম্বা নিংথিবা ফিশিং অসিদি মহাক্কদি অমুক্তা উজদ্রি। তুকান অমদগী তুকান অমদা কোইচেল চেল্লুনা য়েংজরমই। মমা মচা নোকমিন্নরতুনা মহাক্ক পামজবা ফুরিৎ অতু পাইজরতুনা তুকান্দগী থোরকপদা মঙাইরি, তুংলোমদগী মোটর কার অমনা থোইববু তক্কুনা মহাক থরো, থরো ওল্লা তুরমই। থরোস্থু মচাগী ফিভম অতু উবদা থংহৌদনা পাথংখিতুনা রাম্থুথিরমই। মীয়াম পুম্নমক চেনশিল্লক্কুনা "অঙাং শিরে, অঙাং শিরে।" লাওনরমই: পুলিস অমা চংশিল্লক্কুনা নোটবুক্তা কার অতুগী নম্বর ইরমই। কার থোরিবা নীপা অতুদি অচৌবা বাবু অমনি। মহাকস্থু মরাইবক্তা থজিক্তং শোকলতুনা ঈ থোকলে। মহাক্ক গাড়ীদগী কুমথরতুনা পুলিস অতু নাকল অমদা কোথোকলমই অতুগা হায়রমই "অঙাং অসি করম তৌনা লম্বী চংকদবনো থংদেনে।" অসি হায়রতুনা লুপা মঙাগী নোট অমা পুলিস অতুদা পিরমলগা গাড়ী থৌখিরমই।

থরোনা মচা অতুবু কোল্লতুনা কপলি। লম্বী চংলিরা মী থরনা অঙাং অসি থুনমক হাসপিতালদা পুরো। নত্রবদি ফংলরোই।

"অসূম্না লম্বী চৎপা খুদিংনদি হায়বীরমই। অহুবু কনানম্সু অঙাং অহুবু পুবীরমদে। থরো-মমা মচাদা কোম্নহুনা কপ্পুনা লৈরমই:। থরোদি হাসপিতাল হায়বহুনা করিনো? কদায়দা লৈবনো, করি অমতা থংজবা নত্তে। মহাক্কীদি মচা অহুবু কোল্লহুনা হিক, হিক কপ্পতনি। লম্বী চৎপা কনা অমতনা মখোইবু মজেং পাংলমদে। মমৈথংদা রিকসো রাঙ্গা অমা চংঙক্কুনা অঙাং অহুবু হাসপিতালদা থিনবীরমই। রিকসো য়ালা অহুনা কোইচেল চেল্লহুনা "ডাক্তরবাবু! ডাক্তরবাবু! অঙাং অমা হন্নানা শোকলে, অমুক্তা য়েংবীয়ু, অমুক্তা য়েংবীয়ু।" ডাক্তর কনা অমতনা মহাক্ন হায়বা তারমদে। মমৈথংদা সিস্তর অম থোরক্কুনা "করিনো? হংলমই। অহুগা নোটবুক অমা ফাক্তোকলহুনা ইবা হৌরকই "অঙাং অসিগী মমিং করি কৌই? করি লমদগীনো? মপা লৈব্রা? মমিং করি কৌই। মমাগী মমিং হায়য়ু, মমুমনা মাইল কয়াদগীনো? মহাক শাইরব্রা, ইনাক খুনব্রা? মাগী শাগৈ নাতৈ অফিসগী থবক তৌবা য়াওব্রা?" রিকসো বালা অহুনা "বাবুনি! নহাক্ন রারী ময়াম অহু হংলিংঙৈদা অঙাং অসি শোইখিবা তারে। অঙাং অসিবু হান্না য়েংবীখো।" "সিস্তর অহুনা" মসি হংবদা নংগী নথো করিস্নু লৈত্তে। মসি ঐগী ইথোনি। নহাক্ন তৌহনিংবা হেক্তা তৌবা য়াবা নত্তে। ইমরজেন্সি য়েংবা ডাক্তর বাবু অমা লাকনি। মহাক ঙাইগদবনি—থংলব্রা?" অসি হায়রমলগা চংখিরমই।

মতম কুইখ্রে। কনাগুম্বা ডাক্তর অমতা থোরক্তে। ডাক্তরগী শং অমদা ড্রামা তমল্লিবনি হায়না পুং৯ ঈশৈ শক্কুনা নিল খোংলি।

ড্রামা অহুদি ডাক্তর অমসুং নসশিং অহু আর্ট ওফ মেডিসিন তমশিবনিস্নু হায়; খর অমনা অরুম হৌদনবনি হায়। ডাক্তরগী অতোপ্পা শং অমদনা অঙাং তকলম্বা বাবু অহুবু লাইয়েংলি। বাবু অহুদি লাইবক্তা খজিত্তুংদা ঈ থোকপনি। অহুবু ডাক্তর ময়াম্না কৌইচেল চেন্দুনা হোৎনরি। মীনা অতৎ অথম নাইদনা শোকইবা বাবু অহুবু হংবা, য়েংবা চৎলি। খরনা "বাবুসে-শোইগ রমগনিদা।" অসুম্না হাসপিতালদা লাকইবা মীশিং অহুনা শোম্নরমই। অহুগা হাসপিতালগী লম্পাক অহুদনা থরো মমা মচাগা রিকসো রালা অহুগদা ঈহিং নাইহিং তৈরহুনা লৈরি। রিকসো রালা অহুনা অঙাং অহুগী মশাদগী চেম্বরকইবা ঈ অহু ফিনা তৈথোকলহুনা ঈশিংনা চামথোকপিরমই। থরোনা মথোল নিরা ময়ক মরক্তা "থোইবা। থোইবা।" কৌরমই, অকিবা, তুভুংবগা লোইননা "য়ুমদা চৎলসি, য়ুমদা চৎলসি" হায়রমই। মমিত্তুগী শিম্বরকপা পিনা মচাগী মরাইবক্তা পোপ. পোপ, তারি। রিকসো রালা অহুনা "ইবেম্মা। মুংশা থিগম্নু। নচা অসি করিম্নু তৌরোই। ডাক্তর লাকলগনি। শোইদনা ফগনি, করি অমত্তা মুংশা থিগম্নু। ঐ লৈরি, ঐনা নহাক্কী নত্তেং পাংবিগনি।" অমুক্তগী ঙাইরকপহুনা মুমিৎ তারমদাইদা ডাক্তর বাবু অমা থোম্নক্লে অহুগা লাওরমই "কৈয়া হৈ। What—।" রিকসো রালা অহুনা "অঙাং অসি মরাইবক থিরবনি বাবু। অমুক্ত চানবীহুনা থরা থুনা য়েংবীয়ু।" ডাক্তর বাবু অহুনা নৌটবুক অমা পাইরহুনা

অঙাং অহুগী অশোকপা ডাকশিং অহু য়েংলহুনা ইশিল্লমই। অহুগা অমুক হংলমই "অঙাং অসিগী মমিং করি কৌই?" "থোইবা।" "মপা লৈব্রা?" "লৈত্রে।" "মপুবোক্তি?" রিকসো রালা অহুনা "ইহে! মপাসু লৈতে. মপুবোকসু লৈতে. কনাসু লৈত্রে। মমা অসিদা ঙাইরবনি। মহু পুন্নমকসু ঙসাইনা হংখ্রবনি।" ডাক্তর বাবু অহুনা থরোদা য়েংলহুনা "করি লমদগীনো? নমিং করি কৌই? করিগীদমক সহরদা লাকই, লম্বী চৎপা হৈতবা নখোইনা—?" থরোনা কিবগা লোইননা য়েংসমই, করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পিরমদে। ইচাবু কৈদৌবীগদৌরিবনো হায়না মুংশা থবেৎ, থবেৎ হোল্লমই। ডাক্তর বাবু অহুনা অঙাং অহুবু মমিৎ মথৈনা চাওরাক্ল য়েংলহুনা "সিদি ইমরজেন্সিকেসনি। হেক য়ৌবগা ঐবু করিগী থুনমক কৌদে। হৌজিক্তি হোপলেস ওইরে। য়েংবগী কান্নররোই। হোপলেস। হোপলেস। ভাব তাদবা নখোইনা করম্না হিংগদৌরিবনো? ইংলিসসু থংদে, হিন্দীসু থংদে। করম্বা জীবশিংনো।" অসি হায়রহুনা মথন্ত শাওজিন্নরহুনা চৎখিরমই।

থরো লাইররবী লৌমি অম্মনি। থাপলবা লরাইদগী মমা মচা য়াওশংগী পোৎ লৈজবা লাকচবা-। য়াওশংগীদমক তঙাই-ফদ্রবনি হায়রহুনা মহাক্ল থুংলং শুবদা ফংজরকপা কৌ অহু য়োম্বোকচরহুনা মচাগী ফিরোন লৈবীবা লাকপনি। হৌজিক্তি লাইবক থিরবী থরো অহু মচা মফম থংদনা মাংখিবগুম মচানা পামজনা লৈজরম্বা ফিরোল অহু পাইরহুনা কৈথেলগী মীরক্তা রান্না লাংতরুনা কোইচৎ চৎপা উরমই।

তাং ৩০ | ১১ | ৫৬ ইং
মোত্তবুং

———

# ড্রামা

জীবননা মাগী মুপী ললিতাবু পুরহনা ড্রামা য়েংলি। মহাক্ন খল্লি ঐখোইগী মুপীশিংসে ইমুংদদা লৈরহনা, সংসার অসি করি তৌরিবা? করি অমতা থংত্রবনি .থরদং মমিৎ মনা শিংজহৌসন্থ মতাগুম জীবননা মহাক্কী মুপী অহুবু ড্রামা য়েংহল্লি। ড্রামা অহুদা মহাক্ন—অহুনা অহুনি মমিংনা বীনা, অহুনা যমুনা, নিপা অসিনা মখুড়ানি। অসুম্ন ড্রামা য়েংনা, য়েংনা ললিতাদা তাকলমই। জীবননা ড্রামাগী লুচিংবী অহুগী শাজৎ য়েংলহনা "মহাক্ন কপ-লিবসে করিগীনো খংলত্রা?"

ললিতানা "মাগী শম্বোংবী অসি খজিক্কং কাইখ্রে। অহুদা শাওহনা কপলিবনি" জীবননা "হে—, হে; মহাক্কী লমচৎ অসি য়েংউ। য়ুমগী মুপী হায়বাসদি অসুম্না চৎকদবনি।" ললিতানা নোকলমই "ফজখ্রে-, মমায়না নাল্লিবা, লৈ চিনবনা হৈরিবা—। কপ্পিনেয়ে তৌরি'সে—মমায়দা খুবাক্ন অমুক্ত থারবদি পাউদরগী উৎফুল রা:—, রা:, থোরকনি।"

ললিতাগী পাউখুম অসিদা জীবন নোকস্নু নোকনিংই অহুবু থরদি ওকলমই। মহাক্ন অসুম্ন হংলমই "নহাকপু অসুম্ন য়ুমদা থবক্ঃ তৌজত্রা?"

ললিতানা "মখোইগীদি শীং থাইবগা য়াওদে। ঐখোইগীদি খুবাকসে কুরোন হুরবনি।" জীবনগী উপায় লৈত্রে। মহাক্কী মুপীনা মচোন্দগী হেন্না শিংবগুম তৌরমই, হাইফেৎনু ইকাইরমই। মহক্ন

ড্রামাগী মুপীশিং অছু মুন্না য়েংলদুনা অসুম্না হায়রকই "মখোই-শিং অসিগী হৈশিংবসে য়েংউ। মখোইসে মমল য়ামলবা ওাক্তনি।" ললিতানা রাখল অমুক থম্বদনা হায়রকই "ড্রামাদা কপশিন্নবী-শিং অসিবু।" করি হায়রিবনো থংদে, ললিতানদি আঙ্গিশিং অসিম্ন "ড্রামাদা কপশিন্নবী।"

ড্রামা লোইরদুনা মখোই অনি ময়ুমদা হল্লকলমই। লম্বীদা মখোই অনি বারি শারমই। জীবননা "কমদোই. ড্রামা মুওাইব্রা?"

ললিতানা "তুমজরমলবদি কয়াদা মুওাইগবা। হয়েংদি থবকস্থু য়াম্না লৈ।" জীবন "নখোইবু ড্রামাগসি থর য়েংদুনা হৌজিক কালগী ইরাংসি থর থংজিনবস্থু ফৈ।"

ললিতা "ইরাং হায়ববু মুপীনা মশম নাম্না হাৎলগ' পাউ-দরগা য়াম্না থাবা, অদুদা নখোই নীপানা হরাওজরদুনা ফল ফলগা চোংবদুরা?"

জীবননা "তৌরিসিদি ভাব অমনিনা—। নহাক অসি থাঙ্গৈ-শেংবা থুনুংগী মুপীনি" ললিতা "ঐনা হৌজিক ড্রামাদা হৈং-শিংবীশিং অসিগী মন্তো তৃমলবদি নহাকপু কোইচেল চেন্নদুনা রাজনি হায়বনি। ঐখোইদি পাউদরগা থাবীরোইদা মিৎয়েং অমদা হৌজিক কালগী নীপাশিং অসিদি ইনাক্তা থরো, থরো ওল্লগদবনি।" জীবননা করি থল্লুরবনো অসুম্ন হায়রকই "মপানগা থোকপির'মু মতুং মনাও ড্রামাগা পুজররোই।" ললিতনা নোকলমই "অদুদি ড্রামা য়েংবগী করিস্থু কানদ্রে। ঐদি ওসিদগী হৌনা ড্রামাদা তৌরগদবনি।"

মখোই অনিময়ুম য়ৌরকলে, মতমস্থ থেংলে, মখোইনা থোং হাংদে,ক্তুনা য়ুম হেক চংঙকপদা ঘড়িগী পুং তরানিথোই খিংলকলমই। ললিতানা হাকাম চল্লহুনা ভ্রামাগী মওংদা "তামো। ঈশিং। ঈশিং। ননাওদি লাইজ খৌরাংলে।" জীবননা টেবল মথক্তগী ঈশিং গ্লাস অমু পাইরহুনা "শানৌ ইবেম্মা। ঈশিং লৈরে।" অসি হায়রহুনা ললিতাগী মমাইদা ঈশিং জ্বাই হৈজিল্লমই। ললিতাগী মকি মরোন, ফুরিৎ পুমচোৎ চোৎলমই। ললিতানা অশাওবগা লোইননা "কৈদৌ' তাওশিন্নরিনো ? কাল চাদনা—.' জীবননা নোকফেৎ তৌনা " ভ্রামাদবু শাওনব্রনে মাঙ্গা " হায়রমই। ললিতাদি শাওবনা মুরুম, মুরুম শোল্লমই "নংনা পামজৈ হায়-দাইনে।" হায়রমই।

তাং ২০।৬।৫৭ ইং
ইম্ফাল

# পুকচেল শেংদোক্রবা

ইংনা নিংথিজরবা অহিং অমনি। নোংপোক থংবা অতিয়াদা চন্দ্রমুখিনা শাংকাইরকপগুম থানা চিক্ল হুন্দোরক্লে। কনাগী মীচিক মীরাওখোল তাখিজ্রে। ফৈরেন থাগী অনৌবা য়েন্নিংনা লেং-লেং চৎলম্বা উপাল খুদিংস্থ তুমিন তুমিন লৈপ্রে। অসিগুমলবা ইংনা নিংথিজরবা অহিং অসিদা জীবন অমস্থং উবারাণী ইমুংদগী তপ্প তপ্প মপাল থোরকলে। অহিং অসি মখোই অনিগী লুহোংবগী

অহিংনি। অনৌবা অনৌবী অনি অসি মাঙোলগী উখোঙ অমমমদা লেপলহূনা চিক্ক হুন্দোরকইবা থা অহুবু য়েংহূনা লৈরমই। মখোই অনি করিগুম্বা রা অমত্তা হৌদোক্লবা ওমলমদে। ওহাক্তং তুমিন লৈরমলগা নৌনা শক থংনবনা খরদং ইকাই হঙোইবগুম তৌনা অনৌবনা নোকফেং, নোকফেং রা ওাংবা হৌরকই "ওসিদগীদি অমত্তা ওইরবনিনা অমবু ওইরবস্থ, অমবু ওইরবস্থ পুকচেলদি শেংদোক্লসি।" অনৌবী অহুদি পাউখুম পিরমদে, মকোক খুমলহূনা তুমিননা অহুম লেপলি।

জীবননা অস্থম্না অমুক "ঐদি নহাক্কী মিং তাখিবদি কুইরে। অহুবু শক্তি ওসিদা থর থরদা উবদা মঙাইরি।"

অনৌবীনা নোকফেং তৌরহূনা খুমলমই "নহালমখৈ মিং উবীদে হায়বহূ ওসিদি উবারবোইরে." অনৌবীগী পাউখুমদা জীবন বাবু ওহাক্তং মমিং মমায় ইরং লংখংখি। ওহাক লৈরগ খিংবা লাকপা ইয়া য়াদবগুম তৌনা মাগী রারি অমা মথং মথং লিথরমই :—

"ঐগী পুকচেলদি শেংদোকচগে। ঐগীদি থেংইদোক্ল লৈলা-মজম্বুগুম থোকখিবগুমদি লৈজদে। মমাংঙৈদা মুপী অমগদি মরী লৈনরমই। মহাক ঐখোইদগস্থ লৈ খিবগা লাকলমই। ঐস্থ মহাক্কী মতুংগা ইল্লমই। মহাক্লা অস্থমগা হায়খি "মুংশিদবগদি নচ্চদে, মুমদগদি কোইবা চংবীরক্কমু। অহল লমনগী মমাংদা ইকাইজে। উনবীনিংবা লৈরগা মফম অমদা উনসি।" মহাক্ল হায়বগুম য়ুম অমদা অমুক অনিরক্কদি উনক্লই। অহুবু মহৌশানা

ইকাই থিগনবনা করিগুম্বা রা অবতা নিংথিনা কোংদোক্সথিদে। ঐনা রা অমদি হংখি। মহু মহাক্ন মমাম্নবীশিংদা অসুম মপুক্সিং লাংতক্সনগা খুম্মকই হায় "ঐ নত্তবা অমা য়েংঙুবা। ঐ শক অসুক' থিব'সিবু……।" থর লৈরগা ঐখোই অনি ভাব তানথিদ্রে। অহল লমনগসু খ নরক্সুনা অহুম তোকক্সখ্রে। মতম থর'দি মাগী-দমকসু রাক্সখি।"

উষারাণীনা "অহুক মুংশিনরগা করিগী লৌনদ্রি'নো?"

জীবননা "মীন'দি য়াবীদ্রগা, ঐনা 'সুম শংবহু ইকাইরহুনা ঐবু চানবীরা অমা য়েংলকল্লবনিদনা—।"

উষারাণীনা "ঐগীদি কোংদোক্সবা গুমদনা অহুম্নগা ইকাই-নখিবগদি লৈখিদে। ঐগীসু অমথক্তি থোকখি—।" জবননা য়াম্না পুক্সিং চংনা ভাবা হৌরমই। উষানা মাগী থৌদোক অমা লিথক্সকই:—

"ঐখোইদা নীপা অমা মুমিং খুদিংগী লাকই। নীপা অহু চাও-শাংলহুনা মশক মতৌ য়াম্না ফজে। ঐসু মহাক লাকলগা য়াম্না হরাওই, নুভাই। মতম অয়াম্বদা মহাক লাকপদা গাইরমই। করিগুম্বা মতমদা মহাক্ন মিঠাইগসু লৈহুনা পুরকই, পৈশাগসু পিরমই। মহাক য়াম্না ইনাক খুল্লি নোংমদি"—অসি হায়রমলগা উষারাণী নোককেং ভৌনা ভুম্বিন লৈখ্রে। জীবননা য়াম্না পুক্সিং চংনা—"কৈদৌরিবা? থুপনগুমসিদা—।"

উষারাণীনা "নোংমদি ঐবু মহাক্ন—" অসি হায়রমলগা নোককেং ভৌরহুনা ইকাইবগুম অমুক ভুম্বিন লৈখ্রে।

"হায়য়নে—, ঐখোইদি করি অমত্তা হুড়াইতবগা তৌরোইদা, পুকচেল চাওবা জাৎনি।" অস্মুম নোক্সকেং তৌনা পুকচেল চাওবা উত্তুনা জীবননা হায়রমই।

উষারাণীনা "নোংমদি ঐবু মাগী তম্পাক্তা কময়হল্লমই। মত্তাং অসিদা পুকচেল চাওরবা জীবন বাবু তাবা ঙম্মক্তে। মমায়দো ওস্লোক্লহনা হুং হুং লৈবা হৌরমই।

উষারাণীনা "…অয়ুক্তী ঐবু চুপলম্মই। মতম অহুদা কিন্থ নিংথিনা শেংথিত্রে।" জীবন বাবু তাবা ঙম্মক্তে, অহুদগী অস্নুমা য়াম্না শাওনা হায়রকই "নংদি কৈদোনবা ফম্মুরিবা? নখোই মুপী হায়বা জাৎ'সে—, হুই, হৌদোংগী জাৎনি।"

উষারাণীনা জীবন বাবুগী খুঃ খুঃ কায়া শাওরবা মায়থোং অহু য়েংলহনা মোমোন নোক্স হায়রকই। "মতম অহুদদি ঐ চহি মরিত্তা মঙাইরি। নীপা অহুনা ঐখোই' পাবুংগী মরুপ অমনি।"

তাং ৬।৫।৫৮ ইং
মোতবুং

# ফাগি ৱারি

চান্দবাবুনা মহাক্কী রিডিং রুমদা ৱারি অমা ইরি। মহাক্কপু মীনা কবি চাঁদ হায়নস্সু খংনৈ। মহাক্ক ইবা ৱারি ৱাতা য়াম্না ফজে, ফাগি তৌবস্সু য়াম্না হৈ। রেডিও ব্রোড কাষ্টকীদমক ৱারি মচা অমা ইরি। য়াম্নস্সু ৱাখল চংবা, মিনিট মঙাদা ফোংদোকপা য়াবা, য়াম্নস্সু ফজবা ৱারি অমা ইবা হোৎনরি। ৱারিগী মওংদি য়াম্না থোৎনৌবগী মওংনি। মুপাঁ নীপাগী য়াম্না অর্থ লৈরবা মিৎয়েং—সমত্রগুম লুবা, অতিয়াগুম ৱাংবা, মীনদি খংবিদবা অহুগা খংউদনস্সু কাম্নদবা, মশা মশাদনা খংজরগা মুঙাইজবা অহুগুম্বা ৱারি মতানি। মহাক্ক য়াম্না পুক্লিং চংনা ৱারি ইরকপা হৌরকপদা চাকশংরোমদগী য়াম্না হৌরবা খোঞ্জেল অমা তারমই। মহাক্ক খোঞ্জেল অহু শেংনা তারকলে। মচানীপা সুরেসকা মমাগা থৎনবা ওইরমলে। সুরেসনা ঙুঙুং ঙংনা মমাদা হায়রকই "মুমিৎ খুদিংগী হৱাই, হৱাই, হৱাইদা চায়। খর তৌরে ফাবৌ, খর তৌরে ঙারি। মসি ঐথোই ইমুংগী ইন্সাংনি।" মমানা "অহু ফাও' নরাইবক কবনি। চান্না হেনগদবা হয়েংদা ঙাইরে।"

সুরেসনা "নংগী চান্না হেনবা হেন্দবা ঐ খংদে, মুমিৎ খুদিংগী মাখোন চামস্ অমমম য়াওত্রবদি চাক চাবীরোইদবনি। হন্দকমুক হৱাইগা থোংলমলবদি পুখম তেঙ্গোৎ লোইনা থুগাইগনি।" মমানা পাউথুম পিবা ঙমলমদে "চৎলো, চৎলো, নংগী পাবুংগা হায়নরুচো—।" হায়রমই। সুরেসনা মুরুম, মুরুম শোল্লমই

"হৱাইগা, ফাবৌগা য়োনবা হুকান্দো লোইনা তুম্না শিরসম্নু।" চান্দবাবুনা খল্লমই—সুরেস হায়বা অঙাং অসি ওস্থোক্ল নিঙাই চাওখ্রেদকো। নোংমতস্থু নিঙাই তৌদনা চাক চাবা তৌদে। মতম অসিদা অঙাং অমনস্থু ব্রাকংলরে "পাবুং! পাবুং! চে পিয়ু কবোক শিন্নহুনা চানবা—।" চান্দনা "নৈত্রে চংলো" হায়রমই। অঙাং অহুনা ওইনহুনা শুরু, শুরু নৈরমই। অঙাং অহুনা ময়াত্রবা অহুদা মহাক্ল টেবিল মথক্তা তান্নিবা চে খরদো খোমজিন্দুনা পিরমই। মহাক্কী টেবিলদা চে মচেৎ অমফাও' তাবা ঙমলমদ্রে, মচাশিংনা খোংনাংখোঙদা কবোক শিন্নহুনা চাথোকলমই। চান্দ বাবুনা অমুক লাইব্রিক ইগে হায়না কলম পাইখৎলকপদা ইমুং মম্নুংদা লাল অমমুক হোৌরকলে। মচা নীপা অহল অনি অহু ফুনরকলে। খৎনন্নিবা মরমদি – অমনা ' নংনা খোংপ্রাউ অফবা শেংপা য়াত্রা? ঐস্থু শেংকনি।" অমনা অমুক "অহুদি খোংউপ তোংহল্লোই।" অমনা "খোংপ্রাউ মৈ থাদোকনি।" মথোই অনি ইমুং মম্নুংদা নমনহুনা ফুনরমই। চান্দনা চৈরমই "করিনো? নথোইনা তৌন্নিসিবো।" মপানা ঙাংবগা তাবীদে। মথোই অনিনা মুন্নবদা খোংপ্রাউ অহু উফুলনা লোইরে, মচেৎ মচেৎস্থু তংলমই। মপান্দস্থু মাগী অঙাংশিং অহু খৎনরমই, কপ্পস্থু য়াওরে। অঙাং অমনা "পাবুং! পাবুং!" কৌরহুনা কপলি। অমনা অমুক "নংগী পাবুং নত্তে, ঐগীনি।" হায়রনই। কপলিবা অঙাং অহুদি পাবুং হায়জবস্থু ঙমজদে, ইমা হায়জবস্থু ঙমজত্রে। কদাইদগীনো খৎহৌদনা মজার মমিৎ উৎফুল ইতে ভৈরহুনা "হামো, হামো"

কৌরম্হনা কপলমই। মতম অসিদা মরূপ অমা লাক্কুনা "তাইবুঙো। শোর্ট ষ্টোরি হায়বছ ইবা লোইবীরব্রা ? হংচিংকী প্রোগ্রাম নংনবা ঙসি থাগ্রসি—" চান্দনা মকোক হোৎলমই "য়েংউ, ইবুংঙো। ঐখোইগী ইমুংসে মহা লান্দ লৈরবনি। অঙাংশিং অসি ওম্হোক্ক মখোং চান্দবনা—। হরেন মুংখিল সোইদনা লোইজরগে।" নীপা অহনা "ফনি" হায়রমলগা চংখিরমই।

চান্দ বাবুনা অমুক পুক্কিং চংনা ব্রাহৈ পরেং অমতং ইবা হৌরকপদা মচা মুপী সরোজ স্কুলদগী কুম্মক্কুনা মপাদা "পাবুং। পাবুং! সরস্বতী পুজাদা ঐখোই' স্কুলগীদি ফনেক অশংবা শেৎলগা ফি অঙৌবা ইনগনিয়ে। ঐগী ফনেক ফিগা লৈবিয়ু।" চান্দনা "হোয়, হোয়, হরেন নমাবু কৈথেলদগী লৈহল্লুচো।" চান্দগী ব্রা ভাবদা নিঙাই চাওগল্লবা সুরেসনা "ঐখোই পাবুংসে মিচং মিথাই নাই। মচা মুপীগীদি হায়ফাত্রিঙৈনা লৈবীবনা হাল্লি। ঐনা হাকুমদগী থোংউপ অমতং লৈবীয়ু হায়বদি থওইনা ভাবীদে।" পাউথুম অসি চান্দনা থুমখিদ্রে। সরোজনা থুমলমই "নবেম্মাবুদি লৈদদি।" মখোই অনি লাম্বানি, ঙহাক্তা তিল্লবা য়াদে। সুরেসনা য়াম্না হেক শাওবদি "নবেম্মা" হায়বা ব্রাহৈ অসিনি। ব্রাহৈ অসি মহাক্ক য়াম্না তাখিরমই।

সুরেসনা "নবেম্মা কাইনা, অমুক্তং কাওশিল্লবদি নবেম্মা ওইনিদো।" সরোজনা "কাওশিংল্লোদনা, নবেম্মা ঐখোইদি মোইরাং থোইবীগুম লৈ'দৌনি।"

সুরেসনা "এঃ মোইরাংথোইবী। ফজরেদা নপচোবী:সিদি।

নংনা থোক ভৌহনা সনা খুদোপ হায়নে, নাদা হাইবাইনে, মোইবুং মকোক হায়নে। ঐথোইদি কি অহনবা অমতা শেৎপা ৎংদ্রে।" মবুংনা ঙাংবদা হনবীবা সরোজ নত্তে "ঐথোইদি নবেন্মা শেৎনিংবদা শেৎলিবা।" সুরেসনা "মাগী নবেন্মা হায়বসে ওন্থোক্ক কাওশিন্নিংলেদকো—।" চান্দ তাবা ঙমলকত্রহনা লাওরমই" পুংশিং শুরে, থংনবা তোকলো। হয়েংগী থর থাকও। করিনো মফম থংদ্রে। লালগী লাল ঙাক্তা।" মপাগী অশাওবা উবদা তুমিন, তুমিন নৈনখিরমই। চান্দগী অশাওবা হস্থত্রিঙৈদা মচানীপা খ্বাইদগী ভোনবা অহনা অমুক চংঙজুনা মরোল থোকপোই থোক্তবোই "বুং। বুং। শঙঙ্, শঙঙ্" হায়রহনা মহাকী মথুৎ পায়রহনা চিংলমই। মচানা হায়বদা য়েংবীত্রবস্থ কপখিগদৌরি। ঐ লাইরিক ইরি—চংলো হায়বস্থ থংবীবা নত্তে। চান্দনা য়াম্না ৱানা মচানা চিংবা অহদা চৎপা তারমই। অঙাং অহনা ৱাতোন মতোন অকোনবা অহদা খুদোনবী থিল্লহনা "শঙঙ্। শঙঙ্।" হায়রমই। করম হায়না ৱাতোন মতোন অহবু শামুনি হায়না য়েংগদৌরিবনো? চান্দনা ৱাতোন মতোন অকোনবা অহ শামু মনাতোন মাল্লি হায়না ভাবনা শাম্লনা য়েংবা তারমই। মপুক্লিংদদি য়াম্না নোক্লিংলে। অঙাং অহদা "অঙ, অঙ, শামুনি, শামুনি।" হায়রমই। অঙাং অহনা করিগুম্বা মতমদা শামু উথ্রবস্থ শামুগী মনাতোনগুম্বা শরুক থর উহোরবা তাই। মহবু কাওবা ঙমদনা নিংশিংলিমাম্লে হায়না মুত্তাইথোকলমই। অস্থম্না মপা মচা ঙহাক্তং শায়মিম্লরমই।

চান্দনা অমুক মাগী রিডিং রুমদা লাইরিক ইগে চংঙকপদদি

মহাক্ন রাখল চংনা, ইন্নবা চেনা অহু শেত্তংলমলে; লৈরমত্রে। মহাক্ন "করিনো তৌরিসিবো" হায়না কোইথি থিরমই। ওহাক লৈরগা মপাল থোরকপদদি মচান্নুপী য়াইমা অহুনা কবোক মতুম অমা চারহুনা থোঙান্দা চংলকপা উরমই। মহু উবদা চাঙ্গনা মকোক হোৎলমই।

তাং ১১ | ৬ | ৫৭ ইং
ইম্ফাল।

---

# প্রাস্যু থক্কী চান্নবী

চহি কুমজা কুমওন কয়া হোৎখ্রে। থোইবনা মাগী চান্নবী থম্বালবু কাওবা মঙমখিদে। মহাক্ন লৌশুবদা, শীংচনবদা, যন শেনবদা মাগী থম্বালবু নিংশিং নিংশিংনা ইশৈ অমুক শকলমই। ইশৈ অহুনা লৌবুক, লমহাং তামলবা লমদম কয়াবু মহাক্কী থোম্বাংদা ওইরমই। অমুকস্নু অস্নুম্না শোল্লমই "থম্বাল। থম্বাল। থম্নু থম্নুবদা নহাক্কী রাখস্ত ওাইখ্রে।"

চীংয়াদা লৈবা লয়াইগী খুল অমনি। খুল অসিদি য়াম্না চিকপা, মহৌশাগী ফজবনা মতম পুম্নমক্তা লৈতেংবা মফম অমনি। মুমিৎ, থা থোরকপগী ফজবদি অরুংবা ঈশিং ময়াইদা মনিনা ইংনা তাম্থোরকপগুম, থাবলগী অহিংদা থরো থারিকথানা শাৎ-কাইরকপগুম পুক্নিং হুনা নিংথিজে। মাইকৈ মরিগী লমদম য়েংউবদস্নু চীংনা ইকোই কোইশিনবা, চাওথৎপা সহরগী নিল-থোংব

তাত্রবা য়েংউ য়েংউবদা মহৌশাগী ফজবা ওাক্তা—। মফম অসিদা নীপামচা অমগা নুপীমচা অমগা য়াম্না চান্নবা হৌমিন্নরকই। নোংমগী অয়ুকনি নুপীমচা অতুনা শাজৈ অমা পুরতুনা যন শেল্লিবা নীপামচা অতুগী মনাক্তা শাজৈ অতু থিনবা চৎলমই। মহাক্ক লৌরক্তা অসুম লাকপদা শাজৈ অতু ফৌনা'রক্তা পন্দুনা তাহৌরে। মতু উবদা নুপীমচা অতুনা অতুম ইশৈ শরুতুনা শাজৈ থিরমই :—

হা! লৌবুক্কী ইতা চান্নবী!
হাইনা হুম্বী ফৌনারোই,
নংনা শাজৈ মুলহৌবদি
ঐনা থোইববু মুংশিবদগী
নংনা মুংশিবনবু হেনত্রা?

মথোই অনি পাখং লৈশাবী মপুং ফারকলে। মথোক কারকপগী ফজবতনা মশরুক ওইরকলবা ইঙেল থাগী থম্বাল মাল্লবী থম্বাল, নৌনা অরা' মৈশা লাংজখি। নিঙোল ওইবীগী মপাম লমদম য়েংজনিংবগী থোইরাংবা, উরুরগমসু থোইশাওবা, য়েংনা য়েংনা উওমত্রবা থমোইমুংগী মৈচাকসে থম্বালনা নৌনা ফংজখি। মতুদি খুলগী অহৈ অশিংনা অসুম্না হায়বিখি "থম্বালদি মচা পোকলোইদবা নুপীনি। মতম থর লৈরগা মহাক্কী মশকসু য়েংবা য়াদনা থিরকনি। মহাক লাইগী শাপ লৈবা নুপীনি।" থোইবগী মপানা মচা পোকলোইদবা নুপীনা মমৌ ওইসি হায়বসি শুকয়া য়াখিদে। অতুগী মথক্তা থোইবগী মপাদি খুলগী লুচিংবনি, য়াম্নসু থোয়না লৈবা মীনি।

থম্বালগী লুহোংখিবা মতম কুইরে। মহাক্ন মপুক্সিংদা রারৌ-খিবা, থোইবগী মপাগী রাহে অহুতদি মহাক্ন অৱানবা ওইহনগে হায়না নিংখি। লুহোংবা মতুং অহুদা মহাক্ন চীং অমদা শীং চনবা শারহনা চংলমই অহুগা চীংদোন অহুদা ফমলহনা অমুক্কী তরং তরং হুন্দোরকপা মুমিং অহুবু য়াম্না পুক্সিং চংনা খুরুমলমই অহুগা "ইচা অমতঃ পিনবয়ু" হায়না মুমিং খুদিংগী নিজরমই। অহুগা 'সিমস্মু হায়নখিমালে। থোইবগা মখোই অনি কাইনরমদাই মতমদা "ঐনা ইচা পোকপা মুপী ওইরকলবদি নংগী সেবা অমুক তৌরগনি মতম অহুফাও' ঐবু ভাইবীরমউ।" থোইবনমু "মতম অহুফাও' ঐনা নংবু ভাইরমগনি। কনাগুম্বাগী মায়থোংস্মু য়েংলরোই। অহুগা হায়নখিবা রাদদি কাওনগুমসি।" অস্মুম্ন রাশকনখি।

মতমনা অস্মুম হৌখিবনা কুমজা কুমজা কয়া ওনখ্রবী থম্বাল মচা অমা ফংজরে। নোংমদি মহাক্ন মচা অহু মমাং থারহনা মহাক্কী নীপাগা লোইননা লেম্নবগী মঙংগুম মপাম লমদমদা য়াম্না হরাওনা লাকলমই। মুমিদাংৱাইরমগী লৌরী য়ানবা কাংবুনা লৌবুক্কী পল্লিদা চংলিবা থম্বালবু উরমই। লৌগুবশিং অহুনা থম্বালবু উবদা য়াম্না গুক্ন লৌগুবা লেপলহনা "থম্বাল। মচা পোকলেদনা। এঃ, মচা পোকলোই হায়নবহু, থোইবা উরবদি মুঙাইরোইদা।" অস্মুমা হায়নরমই। ময়াম্না অস্মুমা হায়নবসে মুংশিংনা পুরক্কুনা অথাম্নদা থবক গুরিবা থোইবগী মনাকোং য়ৌরকলে। মহাকস্মু থম্বাল লাকপা উরে। থম্বাল উবদা থবকগুবা লেপ্নহনা য়োত্তু মথুং অনিনা পাইরহনা, লৈপাক্তা ভাহনা য়েংলম্মী।

মহাক্ন মমিৎ কুপ্তনা থম্বালবু য়েংলবস্থ মাগী মায়থোংদদি থম্বাল উবগী মুঙাইবগী মমিদি তাখিদে।

থম্বালনা মপামদা লাকপদা মপাম লমদমগী মী পুন্নমক্ন য়াম্না গুক্ন থম্বালবু য়েংঙি। খুলগী মীশিংনা মুঙাইবা, অমরোমদস্থ অন্নাবগুম অস্থুম্ন ফোংদোকখি "থম্বাল মচা পোকলোই হায়নবদো পোকলেদনা।"

থম্বালনা খুলগী মচেমশিং অমগী মনাক্তা চৎলমই, অহুগা মচেম অহুদা অস্থুম্না হয়াওনা "ইচে! করম করম পাল্লি" হংলমই।

মচেম অহুনা "ইবেম্মা! মুঙাইরিদা ইচেমহোইদি—। নংদি করিগী লাকইবা?" থম্বালনা "লাই হয়াওবা য়াওবা লাকইবনি।" থম্বালনা য়া মখা তানা থোইবগী মরমদা করিগুম্বা থর থংনিংলমই, অহুবু অস্থুম্না হংবদা মঙাইরে "অনা অয়েক য়াওদেদনা।"

মুপী অহুনা "নচাসিদি ফজেদা" হায়না থম্বালগী মচা অহু লৌরহুনা \পমলমই অহুগা অঙাং অহুবু চুপলহুনা "থোইবগা নথোই অনি লৈমিন্নরমঙ্গবদি কয়াদা মুঙাইরমগবা—?"

থম্বালনা থরদং ইকাইবা মিনোক তৌরহুনা "মহাক্তি লুহোং-খিরোইব্রা?" হংলমই।

মুপী অহুনা "ইবেম্মা! মুপী থিয়ু হায়বা য়াদ্রে। মহাক্ন অপাম্বা মুপী লৈদ্রে।" থম্বালনা য়াম্না পুক্নিং চংনা "ঐখোই' অহুদা নয়নী কোবী মশক মতৌ য়াম্না ফজবী মুপী অমা লৈ……, তাদা থোইববু য়েংঙো হায়ুবা।" মুপী অহুনা অচুম্বা য়ানা কাগী তৌরহুনা "ইবেম্মা! নহাক নত্তনা কনাবুস্থ য়েংলরোইয়ে। নহাকপু লৌথিগনি

হায়না [ঙাইরিদনা।" থম্বালনা পাউখুম অহু তাবদা মমায় মঙশিল্লমই। মখোই অনি রাশকনখিবা কয়াস্থ মথং, মথং নিংশিংলমই. অস্থম নিংশিংউরগা য়াম্না লাংতক্লবা. মুঙাইতবগা লোইননা "ইচে! ঐদি মৌ ওইরে।" অসি হায়রমলগা "ঐবু··· কনানা পাম্বীখি'দগে?" য়াম্না তপ্প হায়রমই।

থোইবনা থম্বাল লাক্তি্ভৈদা থল্লম্বা, মহাকপু উত্রিভৈদা উনিংবগী আশা, থল্লম্বা রাখল, মুঙাইবা আশা পুম্নমক, থম্বাল উরগা ওন্ন-তৈনবা ওইরে। থম্বালগা মখোই অনি হায়নখিবা, রাশক্লখিবা কয়ামরুম লৈহুনস্থ মহাক্ল থম্বালবু য়েংবা ঙমলমদে। অস্থম্না ফোংদোকপা য়াই—থোইবনা থম্বালগীদমক্তা থজ্ঞরম্বা রাখল কন্নামরুম লৈরমলবস্থ মহু ঈশিংদা লুপখ্রবা লৈতুমগুম্বনি। থোইনা হেন্না উনিংহুনস্থ মংদা হেকলম্বা লৈগুম্বনি। পামজবা মহাক অহু থাপনা থোকলিবা থাজগুম্বনি। থম্বালস্থ মমাংঙৈগী. রাহৈ খুদিংগী নোকচবী. খোংথাং খুদিং তুংইগ্রবী, ওইনচাওবী মুপী মচা অহু নত্রে। মহাক্তি, তারমদাই মুমিংকী থোংনা ইংলবা দৃশ্যগুম থোইনা হেন্না নোল্লুকলবী, মৌগী ঋজবনা লৈতেংলবী মহাকী মায়থোংনি। থম্বালনা য়াম্না মুঙাইতবা, তাবা ঙমদবা অমদি—থোইবনা মহাকপু কাওদনা মুংশিরি। মসিগীদমক্তা মহাক য়াম্না মুঙাইতে। মতম অমদদি থোইবনা মহাকপু 'মুংশি' হায়না কোংদোক্ত্রবস্থ থোইবগী মখোন তাবতদা কয়াদা মুঙাইজরম্বা, লৌবুক, লমহাং, মুমিৎ, থা পুম্নমক মহাকী ঙাক্তা ওইজরমই। অহুবু হৌজিক্তি করিগীদমক, করি থল্লুরিবা. করিগী তমখিবা ওইরকইবনো?

মহাক্ক অস্মুন্না "থোইববু ওকন্থং হুংশিন্দে, মশকফাও' য়েংনিংদে।" হায়না য়াম্না শাওনা পাউ চেল্লমলগা খুলগী লাই হরাওবগা য়াওদনা থম্বাল ময়ুমদা হনখিরমই।

থম্বালনা চেল্লম্বা পাউ অদু তাবদা থোইবা হায়নিঙাই লৈতনা শাওরমই। মহাক্ক থম্বালদা করিস্থু হায়খিবা লৈতে। করিগীদমক মহাক্ক অস্মুক শাওরিবা। অস্মুন থল্লু থল্লুরগা থম্বালবু হুংশিরম্বা শরুক অদুকী মতিক থোইনা হেন্না শাওরকলে। ময়ুম পাল্লগা মীবু উশিংত্রমাল্লে হায়না য়ারৌখি। অদুদগী মহাক ইংথনা লৈবা ওম্মক্তুনা থম্বালবু তান্নরমই। মহাক্ক থল্লমই— মথোইবু হেক ফংবদা থম্বালগী নিপা অদুবু হেক্তা ফুগে অদুগা মরা মমাংদগী মাবু মুন্দুনা লৌগে। অস্মুম থন্না, মহাক কন্না চেন্দুনা তান্নরমই। থোইবগী মরিস্লেন অসি য়াম্না শাথি। মহাক্ক শাওথ্রবদি থিংবা ওমদে। অসিগীদমক খুনগী মীনা মহাকপু হঙ্গোইনৈ। থোইবনা অস্মুম তান্নরকপনা শজিবুগী অশংবা হানৌনা ওনিক ওনিকলবা পাৎয়াই অদুদা চৎলিবা থম্বাল মতৈ মনাওবু উন্নরলে। মখোইবু উবদা মহাক্ক থোঙ্গেল হৌনা "ওাইখো" হায়না লাওরমই। অস্মুম চেনশিল্লক্লুনা থম্বালগী মমাংদা মহাক্ক চপ লেপলমই। অদুবু মীগী ওইথ্রগা থোইনা হেন্না থোইজংলবী, পাম্মুরবী মহাকী মায়থোংবু অমুক্তং মুন্না য়েংলমলগা থোইবা করিস্থু তৌদনা হল্লকই।

মতম থর লৈরগা য়াথোক চাওরবী থম্বাল অদু অরা মৈশা লাংলহুনা শিথ্রে। মহাক শিবা হুমিং অসিদা থোইবনা থম্বালগা মথোই অনিনা অত্তাং ওইরিবৈদো শান্নরম্বা থরো, থম্বাল শাংগা

লোথোং, লমহাং অহুদা মথন্ত চিক্ ফমলমই। অহুগা মতম কুইনা মপোগ কাইদনা, থমজরকলবা থঙালনা তাবিরবা নগুণ অহু পুথোকলমই। নগুণ অহু মুমিং অসিদা মাগী ওকশমদা অহুম মরিরক য়েংশিন্দুনা শিরমই। অহুগা অরোইবা মিংয়েংনা মুমা অমুক্তং য়েংলমলগা নগুণ অহু তুমা মৈ থাদোকলমই।

তাং ১৮ | ৪ | ৫৮ ইং

ইম্ফাল।

লোইরবা।

